*Order No. 42/1/65-ED.*
*Imphal, the 23rd Feb, '66* গী মতুং ইন্না খুঃ ১৯৬৫-৬৬ তা
*Neo-Literates* তা মঙাওবা মনা কংবা

---

# সমাজ সংস্কার



ইজবা :—
শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

মমল, লুপা ৩·০০

## কচ্চরি

মণিপুরী সমাজ পুম্বদা
লায়রবগী 'সমাজ সংস্কার'
ভক্তিগী শেম্পাক্তা হাপ্‌না
প্রেমগী চরৈনা কুপ্‌না ।

---

# ৱাহৌদোক

মহৈগী জ্ঞানবু লৈত্রবদি লাইব্রিক হৈরবস্থু মহৈগী গুম্না লৈতেংবা মী কৌবা য়াদে, অতুম্না মুংঙাইবা ৱাবী-লাইব্রিক ওইরবস্থু এডুকেসনগী জ্ঞান ফংহনবা মচাকশিং য়াওত্রবদি মহৈগী জ্ঞান মতিক চানা পীবা ওম্বা অকবা লাইব্রিক কৌনদে। অসিগুম্বা ৱাখল অসি খঞ্জহুনা ভারতকী অমস্থুং পৃথিবীগী অকাওবা এডু-কেসনিষ্টশিংনা ইবা এডুকেসনগী লাইব্রিকশিং মণিপুর সেন্ট্রল লাইব্রেরীদগী লৌহুনা থা তরুক চুপ্পা ঐনা পাজখি। মহুদগী ঐনা তশেংনা খঙবা ঙমজখি, মহাদ—এডুকেসনগী লাইব্রিকশিং অসিদ পারগা মীওইববু জ্ঞানগী থোঙ লাওনা হাংদোকপীহন্না অক-কন্ত খঙনা চৎপা ঙমহল্লি। অদুগা, মখোয়শিং অসিদি লাইজ খক্তা শাৎপা থবো, থারিকথা, কঙ মপাল অমস্থু কঙ-চরাংনচিংবগী মরক্তা ফুগায়না শাৎপা থম্বাল চামনিপালশিংগা পাঙ্খকনি।

অস্থুপ কাম্নরবা লাইব্রিকশিং অসি লাইব্রিক য়াম্না হৈবা মীশকশিং নত্রবদি ভারত বাসী অয়াম্বনা পঙপা পানদে, মসিগী মবমদি—এডুকেসনগী লাইব্রিকশিংদি ভলম য়াম্না চাউগনবা অমস্থুং অরুবা লোন্দা লেংহুনা ছাপা তৌহুনা কোঙনবদগীনি। অদুগা, মণিপুরী লোন্দা ঙসি কাওবা এডুকেসনগী লাইরিক ঈকোঙ কোঙাত্র হায়বা য়াই। মরম অনি অসিদগী ঙসি মণিপুরীশিংনা লাইরিক ইবা-পাবা ওম্বা মীশীং য়ামখৎলক্তুনা মখল মখেলগী লাইব্রিকশিং পানববস্থু এডুকেসনগী জ্ঞান ফংবা লাইব্রিকশিং প্পানদহনা জ্ঞান ফংদবনা মহৈগী জ্ঞান লৈবা মীশীংদি পঙহেন

হেনগৎলক্কবগুম্না তৌরি। অদুগা, বিঃ এঃ, এমঃ এঃ নচিংবা মহৈ হৈবা মণিপুরী মচাশিংস্থু এড়ুকেসনগী লাইব্রিকশিংদি পঙনা নৈনগন্দে, করিগুম্বা মতমদা পরীক্ষাগী ওইনা পাদবা মান্দন্না পানথ্রবস্থু পরীক্ষা পাস হেক তৌবগা কাউথোকখিন্না এড়ু-কেসনগী মঙাল কংদবগুম উৎলি।

রাখলশিং অসিনা ঐবু যাম্না নীংঙমদবা অমদি খোয়রাঙবা পোকহন্দুনা 'সমাজ সংস্কার' হায়রবা লাইরিক মচা অসি এড়ু-কেসনগা মরী লৈননা অবায়বা মণিপুরী লোন্দা ইন্না ভারত-বাসী মণিপুরী খুদিংনা পাবা ঙম্নবা অমস্থুং পানীংনবা ঐনা হোৎনজখি। লাইরিক অসি শিরুকস্থু মঙং অসি তানবা হোৎনজবদা শাংলপ চঙজথ্রে, অদুবু রানা হোৎনজখিবা অসি ছাপা তৌদুনা কোঙবা ঙমত্রবদি অরেম্বদা তাপ্রনিদকো হায়বা রাখল্লা ঐবু অনুকস্থু খোয়রাঙহল্লি। মকাং মকাংবা রাখল কয়ামুক খল্লুববগী মতুংদা ঈশ্বরগী নোংদম য়েংলগে খল্লুদুনা Neo-Literates কী লাইরিক খল্লবদা থাগৎনবা ঐনা খোয়াং তৌদুনা খমজৈ। মতম চানা লানখৎচবদা মণিপুর শিক্ষা-বিভাগকী অঙম্ব-শিংনা মসিবু মিৎয়েং তাবীবগা খোয়দাবা ওইবীরমন্দুনা খনগৎলীবা লাইরিক অমা ওইরকলরদি ঐগী আশা থুংলন্দুনা পেল্লগনি অমস্থুং মসিবু পাবীরগা সমাজ সংস্কারবু শরদং ওইরবস্থু তৌবা ঙম্নবগী শক্তি মীপুম খুদিংদা ঈশ্বরনা পীবিনবা ঐনা অক্তি তৌজরি।

শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ
তাং ২২।১১৬৪ ইং

# হীরম-লামায়

হীরম | লামায়
---|---

# সমাজ সংস্কার

## মমা-মপা

হেল্লি ওজা তরাদগী অফবী মমা অমনা,
মান্নৈ ওজা মঙাগা অফবা মপা অমনা।

মমা-মপা ওইবা ঐখোয়না ইচাশিংবু হেক পোকপা নুমিত্তগী মযুম-মকৈ পানবা ফাওবদা কয়াদা রানা য়োকলিবনো। পলেমগী কৈরা তাংজিন্দা আপকপা মচাবু পমদুনা অমৃত খোম্লাং ইনবীদুনা চরৈ থাগোম্লনা মমানা মচাবু য়োকই, তরা চাক চাবা হৈবদগী নোংমা নোংমগী পলেমগী অমৃত থাদোরক্কুনা চাক্লা পুকথম্লহল্লি, চহি অহুম-মরি শুরক্কুনা লাইরিক তম্বা মতম ওইরক্লবদা বিদ্যারম্ভ তৌবীদুনা মহৈ তমখৎহল্লি অমসুং মাগী য়োক-থাকপদা চঙবা পোৎ পূম্নমক পলেম-পম্থোগী হুমাংমলনা তান্দুনা রাপ্তনবা হোৎনৈ। অসিগুম্বা মতমশিং অসিদা লায়রবা মমা-মপাশিংগী মফমদদি মচাশিংবু থাক্লবা হোৎনবদা য়াম্না অরাবগী মশক্কি; অমসুং মচা ওইবশিংগী মফমদা মতিক চাদ্রবা মমা-মপাশিংদি সমাজগী মনুংদা ওন্থোক্লা মরাইবক থীবনি। 'লায়রবা মমা-মপাদি মচাগী য়েক্লবনি'

হায়না থায়নগী অকাওবা কবি অমসুং পণ্ডিতশিংনা কল্পনা তৌনরম্মী। মতম অদুগী মীশিংনা অসুম্না হায়নরম্বগী মরমদি মতম অদুগী সমাজগী লোনচৎ-শাজৎকা চাননা কল্পনা তৌনরম্বনি। মচাশিংবু মহৈ-মশিং তম্বগনবগী রাকমদি থম্মু থমখিসি, থায়নদি লায়রবা মমা-মপাশিংনা মচাশিং অমদি মশাবু থাকপা ঙমজদদুনা মশাবু নত্রগা মচাশিংবু এনাকখুনবশিংদা মমল লৌদুনা য়োম্বোক্লম্মী, অদুম্না য়োনগ্রবশিং অদুনা মমল হনবা ঙমত্রবদি মপুন্সি চুপ্পা মীনাই ওইনা অদুম লৈবা তাবম্মী। কয়াদা রাগ্রবা মতম অদুগী সমাজগী পুন্সিনো। মরম অদুদগী থায়নগী লায়রবা মমা-মপাশিংবু অসুম্না কল্পনা তৌনরম্বা থোইনা অরানবা ওইরমদে।

মতম অদু হৌজিক্কি হৌদ্রে, অদুনা মতিক চাবা মমা-মপাদি লায়রবা অমসুং এনাকখুনবদা খল্লদ্রে, মমা-মপা ওইবগী মতিক-মগুণ লৈবশিংদবু অকবা মমা-মপানি হায়না কল্পনা তৌনরক্লে। এনাক-কৈরাক খুনবা মীশিংনা মচাশিংবু য়োক-থাকপদা রাগু-পাদবনিনা মতিক চাবা মমা-মপানি হায়না লায়রবশিংগী মফমদা হৌজিক অথোয় নাপল কানরি। মসি হম্বনা খল্লরগা জ্ঞান তারক্লবা মতমদদি ঈকাইবন। মমায় পুবা ঙম্লোইদোবা রাকমনি। মরমদি—মখোয়শিং অদুদি মমা-মপা ওইরগা মচাশিংবু করম্না থাকনি, করম্না মহৈ তম্বনগনি, করম্না রাম্বক-রাত্তেমদুনা মচাশিংবু চাওখৎহল্লগা মীওইবা সমাজবু য়াইফহন-গনি অমসুং করম্না পুন্সি খোঙচৎকী লম্বীদা খোঙদাগনি হায়বা খঙজত্রবা তোনগ্রবা মীশিংনি হায়বদা থোইনা লাল্লোই। অদুগা,

হায়রিবশিং অসি ভাব তানা ইনবা ঙম্বা হোৎনবিবা অচুদি চান্না নামা তেনবা লাথববা মমা-মপা। ওইববস্থ মতিক চাবা অকবা মমা-মপানি।

মবম অসিদগী মতমগী খোঙচৎ মতুংইন্না হোংলক্লিবা অনৌবা তাইবং পুন্সিরোলদা অকবা মমা-মপা। ওইননবা হৌজিক্কী চঙলিবা মমা-মপাশিংগী গুণশিংদি :—

(১) পোকচন্নিবা মচাশিংবু তূম্বা-চাবা মতম নাইহন্নবগী জ্ঞান লৈবা অমস্থং লমচৎ-শাজৎনচিংবা ফনবা শেমগৎপীবা ঙম্বা।

(২) হকলোল অমস্থং বিজ্ঞানগী জ্ঞান খঙহনা মীওইবগী পুন্সিবু চাওখৎহনবা ঙম্বা অমস্থং অনৌবা চাওখৎপা সমাজগী খোঙথাং ইনবা ঙম্বা হোৎনবগী জ্ঞান লৈবা।

(৩) পুন্সিগী মিকুপ অমা ফাওবা অরেম্বদা মাঙহন্দনা শীজিন্নহনা ফত্তবা পূম্বা থক তৌদবা অমস্থং মচাশিংবুস্থ তৌহন্দবা।

(৪) অচুম্বা ঙাকপদা কনাবুস্থ কিদবা, মীগী মতেং লৌবা পামদবা, জীববু স্থংশিহৈবা অমস্থং মচাশিংবুস্থ ইন্নবা লমজিংবীবা।

(৫) মশা অমস্থং ঈমুং মনুংগী মীশিং চাওখত্তুনা মরৈবাক মজ্বাতিবু চাওখৎনবা খনবগী অশেংবা পুকচেল চেনবা। অসিন-চিংবা।

হান্নরিবা জ্ঞানশিং অসি খঙজ্রবা মীশিংদি মরম্না চীংগুম্না পৈত্থনস্থ হৌজিক্কী অনৌবা যুগ অসিদদি মতিক চাবা অকবা মমা-মপাশিংনি হায়বা য়ারোই। অহুনা, 'মমা-মপা ওইবগী মতিক চাবা গুণ চেন্ত্রবা অমস্থং জ্ঞান লৈত্রবা মমা-মপাদি

মচাশিংগী য়েক্লবনি' হায়না হৌজিক্তি কল্পনা তৌনরক্লে ; মরমদি—মতুনা হৌজিক্কী মীওইবা সমাজবু হেন্না চাওখৎহনবা ওইগনি। মরমশিং অসিদগী ভারত জাতিনা চাওখত্তুনা মীওইবা সমাজবু চাওখৎপগী অরাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনবগীদমক ভারতকী মমা-মপা খূদিংমক মহৈগী গুণ চেন্দবা য়াদে, নত্রবদি পিদোন্না লৈখিগনি।

মমা-মপা অক্ক-ফত্ত খেন্নবনা মচাশিংগী তুংগী পুন্সিদা কয়া য়াম্না খেন্নবগে হায়বগী খুদম ওইবা রারী অমা লীগে :—পঙকুই কুইদ্রিবা রানি. নোংপোক ভারতকী করিগুম্বা মফম অমদা লায়রবা ঈমুং অমগা এনাকখুনবা ঈমুং অমগা য়ুমলোম্ননা লৈরম্মী।




মচাবু শেমগৎপা হৈরবা লায়রবা মমা-মপাগী মচানা বিচারপতি ওইহনা এনাকখুনবা মচাবু মীহাৎপগী বিচার তৌরি।

কৃষ্ণদাস কৌবা অঙাং অহুনা এনাকখুনবা মমা-মপাগী অমস্তা পোকচবা অতাঙবা মচানি, অহুগা ইন্দ্রমণি হায়বা অহুনা চায়াম পোকপা মমা-মপাগী মচানিপা অহল ওইরম্মী। হায়রিবা কৃষ্ণদাস হায়বা অঙাং অসিদি সনা-লুপাগী মথক্তা নেত্তুনা পানবদা নত্তনা মহাক্তা হেক পাম্বা মবম খুদিংমক অথিংবা লৈতনা মমা-মপানা মনীং তৌহল্লম্মী। অস্তুম্না লেল্লকপনা নোংমা নোংমগী চাউশিল্ল-ক্তুনা মহাক হৌজিক পাখং ফাজিল্লক্লে। মতম অসিদদি মহাক মহে-মশিং তম্বদা থৌশাখিদ্রে, নত্ত নত্তবা থবক ঙাক্তা তৌশিল্লক্লে। মহাক্তা মমাম্নবা গুন্দাশিংগা তিংদুনা শা চায় য়ু থকই, জ্বার শানৈ, খৎন-চৈনবা অমস্তং নুপী কোয়বনচিংবা ফত্তবা থবক কয়ামুক তৌই। অসিগুম্বা ফত্তবা থবক কয়ামুক্কী রাখোক্তা এনাকখুনবা মমা-মপাবু নাকোং রাই চিলহল্লম্মী। অদুবু অঙকপনি, মমা-মপা অনিনা মচাবু ফনবা রারক-রাতেম্বগী মহুত্তা তাঙনা পোকপা মচানি মনীং তৌজ্রশিনু হায়দুনা কোম্না থাদোক্লম্মী। অস্তুম্না ফত্তবা লমচৎ-শাজত্তা মচু শঙলবা এনাকখুনবা মচা অসিনা নোংমদি প্রাতমা কৌবী মশক-মতৌ ফজরবী অমবু লাইরিক তম্বা কারকপদা মমাম্নবা গুন্দা খরগা তিম্নহুনা নমহুনা ফারম্মী।

অস্তুম্না মখোয়না ফাহুনা পুথ্রগা মখল মখা অয়াম্বা নুংশি হৈতবা শাজৎনা ওৎ-নৈবীবদা পুন্সিগী অনৌবা শরুক্তা প্রতিমা প্রাণ মাঃখিরম্মী। শাহিং চাবা পাম্বা কৈগী শারাক্তা শজি অমোম্না প্রাণ মাঙলবগুম্বী মহাক্কী খল্লুবদা থম্মোই কায়খিগদৌই। তৌববুদি মখোয়না মাবু থাঙ্গেশেংনা হাৎপমক নত্তে হায়ববু

মশানা য়াজত্রবী লাঞ্জত্রবী প্রতিমা অহু নীংবা কায়বা অমসুং নুপীগী ইজৎ মাঙহনবগী মৈচাক্না মথরায় হকচাং পুম্নমক চাক্কুনা মকম খণ্ডদনা পঞ্চ-প্রাণ হেক্কা মাঙখিবনি। থবক শোয়রবা মতমদদি লৈবাক্কী রায়েল-শাসন অমসুং সমাজবু কিবদগী গুন্দাশিং অহু মবৈবাক থাদোক্কুনা চেন্নবক্লে। থম্মোই কায়রবা পাউ অসি তাবদা লৈবাক-প্রজা পুম্বা পি শীম্বদবা য়াওনখিব্রে, গুন্দা-শিংবু ফানবা প্রজা-সরকার চঙহুনা হোৎনরক্লে। নুমিৎ খরগী মনুংদা লোম্নবা লৈবাক্কী ওমথৈ লানশিল্লমদাইদগী মখোয়বু ফারক্কুনা পুরক্লগা লৈবাক্কী রায়েল শঙদা বিচার তৌরক্লে। বিচার অহুদা এনাকথুনবা মচা কৃষ্ণদাস ফাঁসিগী শগাই কানবা দণ্ড ফংখি, অহুগা মাগা থবক তৌমিন্নবা গুন্দা অহুম অমনা চহি তরা-তরা জেল তাখি।

বিচাবপতি ওইরিবা অসিদি অতৈ কনা নত্তে, মখোয়গা য়ুমলোন্নবা লায়রবা মচা ইন্দ্রমণিনি। লায়রবা মচা অসিদি মমা-মপাগী নিংথিবা রারক-রাতেম অমসুং পাউতাক ইন্দুনা কন্না মহৈ তমজখি। মহাক্না ছাত্র-জীবনগী মতমদা মিকুপ অমগী মতম ফাওবা অরেম্বদা মাঙহনখিদে, মমা-মপাগী থবক্কী মতেং তত্তুনা পাংখি অমসুং মীগী মচাশিং প্রাইভেড তম্বীবগী শেলনা মশাগী খরচ পুজবদগী লেমহুনা মমা-মপাগী মতেং কাওরা পাংখি। মেত্রিক পরীক্ষাদা মহাক্না ফাষ্ট ওইখিবদগী ফখিবনা মহৈ তম্বা হেক লোইবা ফাওবা বৃত্তি ফংখি অমসুং সরকারগী বৃত্তি অতৈসু ফংখি। অসুম্না রানা হোৎনজবদগী মহাক মমৈদাদ

মহৈ মতিক চানা হৈহনা লৈবাকী রায়েনবা বিচারপতি ওই-বকখি। মতম অসিদা মহাক্না য়ুমলোন্নবা ঈমুংগী মচিল-মনাওনি হায়রনস্ন কন্দনা অচুম্বা ধর্ম্ম বিচার তৌহনা প্রজাশিংবু পেল-হনখি। মহাকী অসিগুম্বা ধর্ম্ম বিচাবশিং অসিগীদমক খ্বাইনা মহাকপু থাগৎনখি।

অম্মুম্বা, য়ুমথংননা লৈমিন্নরকপা এনাকখুনবা ঈমুংনা মমা-মপা মতিক চাদবদগী মচাবু রারক-রাক্তেম্বা শোযখিহনা মমৈদা অরাবা ইপাক্তা তাহনা নংখি ; অদুগা লায়ররম্বা ঈমুংনা রারকপা অমস্মুং শেমগৎপা হৈবদগী মচাগী মপান্না ফুরা দলান্দা লৈহনা নুংঙাইনা পানখি। অদুনা, মমা মপা ওইবশিংনা চেকশিনসি, মৈতৈগী পাউরৌ অসি অচুম্বনি :—

মচা অমগী হাক্তক্তা স্বর্গ কায়,
মচা অমগী হাক্তক্তা নরক তাই।

---

# ওজা

## লৈরবদি বৈদিক য়ুগকী ওজা-ছাত্রগী প্রেম হৌজিক্তা চাওখৎকনি লেপ্নমক ভারত-বাসী পুম্বা অথুবা থোঙথাংদা।

থায়না বৈদিক য়ুগকী মতমদদি ওজাবু গুরু অদুগা ছাত্রবুনা শিষ্য নত্রগা পরুরা হায়না খঙনরম্মী। হায়বিবা গুরুশিং

( ওজাশিং ) অসিবু সমাজগী মনুংদা অরাংবা থাক্তা থনম্মী। লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিং অমস্তুং মমা-মপা ওইবা অহল-লম্মন-শিংনা গুরুশিংগী মফমদা ভক্তি অমস্তুং মর্য্যাদা ঙাক্না চৎলম্মী। মখোয়না হৌরক্লিবা নহারোলশিং অমস্তুং মচা-মশুশিংদা গুরুবু লাইনি হায়না নীংগদৌবনি অমস্তুং মখোয়গী য়াথং ইনগদৌবনি হায়না তাক্লম্মী। মরম অদুনা মহৈ তমথৎলক্লিবা নহারোলশিংনা



গুরুবু ( ওজাবু ) অস্তুম্না ভক্তি তৌনরম্মী। অদুনা শিমাশিং ( পরুবা নত্রগা চ ত্রশিং ) না গুরু-ভক্তি অমস্তুং প্রেম লৈদুনা লমচৎ-শাজৎ ফনবম্মী। অদুনা থাবনগী ভারতকী সভ্যতাদি যাম্না বাংলম্মী।

গুরুশিংগী য়াথং ইন্নম্মী, গুরুবু লাইগা মান্ননা ভক্তি তৌরম্মী অমস্তুং মপা-মচাগী মকমদা লৈনবা নুংশিনবা প্রেম অদু গুরু-শিষ্যশিংগী মরক্তা লৈনরম্মী। অদুনা মরম ওইদুনা ভারতবাসী খুদিংমক্তা লমচৎ-শাজৎ চুম্বা, ঈশ্বরবু থাজদুনা পাপকী থবক তৌদবা অমস্তুং ধর্ম্ম-অধর্ম্ম মশক খঙনা চৎপা মীশকশিং ওইনরম্মী। মরমশিং অদুদগী থায়নগী ভারত জাতিনা সমাজগী অরাংবা থাক্তা কাদুনা জ্ঞান তাবা নীংতম্বা লৈবাক ওইবা ঙম্নম্বনি। অস্থুক নীংথীরম্বা ভারত জাতিনা মীখা পোল্লুবদি মশাগীদা ফনবা খল্লবা ফত্তবা নিংথৌশিংনা অমগা অমগা য়েংথিনদুনা লৈরম্বা অমস্তুং মথক থোংবা নিংথৌ ওইনীংবদগী বিদেশীশিংনা খুদোংচাব লৌদুনা মায়থীবা পীখিবনি।

অসিগুম্নবা থায়নগী মতমশিং মথং মথং হৌখিদুনা হৌজিক্তি অমুক নীংতম্বা ভারত ওইবে, ঐখোয় পুম্বা নীংতম্বা প্রজাশিং ওইরে। মদুগা লোয়ননা ভারত-বাসী ঐখোয় অয়াম্বা মহৈ তমখৎনরক্তুনা থায়নদগীদি হৌজিক্তা হেন্না লাইরিক হৈবা মশীং হেন্গৎলক্লে। অসিগুম্বা মতম অসিদা য়াম্না ঙকনীংঙাই ওইবা মরম অমদি :— লাইরিক হৈবা হেন্গৎলক্লগা মহৈগী মঙাল ফংবা ঙমদবগী লমচৎ-শাজৎশিং ফত্তবা অমস্তুং মগুণ লৈতবা মীশকশিং ওইবা হেন্গৎলক্লিবা অসিনি। মসিগী মরমশিং অদু করিদগীনো হায়না থিগৎলকপদা মরু ওইবা মরম খরা ফংলে। মদুগী মনুংদা মরু ওইবা মরম খরদি :—

(১) হৌজিক্কী ভারত সমাজদা ওজাশিংবু থৌওইনা তৌ-বিদবনা ওজাশিংগী মতিক-মগুণ অমস্তুং ঈকাইখুম্নবা হৈস্থহল্লি। অহল-লম্মনশিংনা মচা মশুর্শংগী মমাংদা ওজাশিংবু থৌশাদনা ঙাঙবা তাবগা অঙাংশিংনা মহৈ তমগদৌবিবা অমস্তুং পাউতাক লৌগদৌবিবা ওজাশিংবু থৌশানা খন্দহুনা মশা মশাগী কত্তনবা মবম ওইহল্লি; ওজাশিংনা ঙাঙবা-শকপা অমস্তুং পাউতাক পীবা ফাওবদা থৌশাদহুনা ইন্দে অমস্তুং কত্তবা ছাত্রশিং ওইরকই। কত্তবশিং অসিনা মরমওইদুনা ঙসিগী লাইবিক হৈবা নহাবোলশিং অমদি সমাজশিংনা মহৈগী মঙাল ফংদবগুম্না লমচৎ-শাজৎ মাঙশিল্লক্লি. সমাজ অমদি ইজাতিগী ময়েং তাবা ওইশিল্লক্লি।

(২) হৌজিক্কী মতমদা অয়াম্বা ওজাশিংনা লুচিংবগী গুণ মাঙশিল্লক্তুনা ওজা ওইবগী অচুম্বা মথৌ তৌনবকত্রে। মখোয়না স্কুলগী মতম লেনবা ওইনা তলব শোয়দনবা স্কুল কাবনা অয়াম্বা ওইনবক্লে। মদুনা ওজাশিংগী মিংচৎ থীহনবদা নত্তনা সমাজগী মাঙনবা মরম ওইহল্লি।

অসিগুম্বা অশোয়বা কত্তবশিং অসি ওইরকপগী মবমশিং য়াম্না লৈখ্রে। মদুগী মনুংদা খাইদগী অচৌবা দোষতি ভারত নীংতম্বা ফংনবগীদমক্তা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা প্রজাশিংনা শোক্লখিবা অহিংসা অসহযোগ আন্দোলনগী ফলননি। মরমদি— মতম অদুদা প্রজাশিংনা 'বৃটিশ শাসন পামদে, ভারত নীংতম্বা পীরো প্রজাদা শাসন পীরো হায়দুনা তত্তনা লাউখি। অদুগুম্বা

আন্দোলনশিং অতুদা তেংবাংবা ওইনা স্কুল, কলেজ, অফিস অমস্থুং বাজারনচিংবা সরকাবগী থবক তৌবা কর্ম্মচারীশিংনা থবক লেপ্পবদি সরকারনা মখোয়বু থবক্তগী লৌথোকপীগনি হায়বগী কিজবনা কাননবা কন্না হোৎনজখি। অসিগুম্বা মরম অতুনা প্রজাশিংগা সবকাবগী কর্ম্মচারী তৌবা মীশিংগা মুংশিনদবা পুকচেল অত কনমনখিবনা হৌজিক ভারতনা নীং-তম্বা ফংলবা মতম ফাওবদা কোকপা ঙমদ্রে, অতুগী মথক্তা হৌজিক ফাওবদসু প্রজাশিংনা নীংবা থুংদবা মরমশিং লৈবদগী আন্দোলন মরক মবক্তা তৌদ্রুনা ঈরাং হোহল্লি। অদুবু হৌজিক ভারত ইশানা লৈঙাক্লবা অসিদদি বৃটিশকী মতমগী আন্দোলন অতুগুম্বদি তোক্লে হায়বা য়াই।

শম্না হায়রবদা কেরাণী অমস্থুং অফিসারনচিংবশিংদি জাতিগী নহারোলশিং শেমগৎপদা ওজাশিংগুম্না অকনবা অমস্থুং মরী লৈ-নবা থৌদাং লৌবা রাৎলি। অদুগুম্বা অফিসকী কর্ম্মচারীশিংদি লৈবাকী রায়েল শাসনগী থবক্তা য়াওবনিনা প্রজাশিংনা কি-তুকচ ওইনা ব্যবহার তৌই। ওজাশিংদি খুদক খুদকী ওইবা নত্তবা তুংদা তপ্না ওইরকদবা এডুকেসনগী (মহৈগী; জ্ঞান অঙাংশিং অমস্থুং নহারোলশিংদা হাপ্নগী থবক তৌবনিনা প্রজাশিংনা থৌশাদে। মদু অপঙবগী রাখল্লি।

অসিগুম্বা অশোয়বশিং অসি ভারতকী নেতাশিংনা খঙলক্লবদা থম্মোই কায়খিগদৌই। অতুনা, চহি খুদিংগী 'ওজাগী নুমিৎ' হায়বা অমা, ভারত শীন্থ ুংনা তৌদ্রুনা সমাজনা ওজাশিংবু প্রেম

লৈগদৌবনি অমস্তুং ঈকাইখুম্নবা উৎকদৌবনি হায়বা কোঙদোক্লি। নুমিৎ অসিদা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা 'ওজাগী নুমিৎ' ( Teacher's day ) হায়না থাবা ফিরাল মচাশিং প্রজা অচৎ-অওকশিংদা য়োল্লি। মদুদগী ফংলকপা শেল অদুনা নুমিৎ অসি পালন তৌবগী খরচ অমস্তুং খ্বাইদগী লাইবক থীবা ওজাশিংদা দান তৌ-বদা শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা নেতাশিংগী থৌরাং অসি ঐখোয়না ইনগদৌবনি।



"ফিরাল অমমমদং লৈবিয়ু, ঙসি ওজাগী নুমিৎনি,
ওজানা জাতিবু শেম্বনি, সমাজনা ওজাবু থাজংসি"

মতাঙ অসিদা পন্দবা ঙমদবা রাক্ষম অমদি ওজাশিংগী মকমদা লুচিংবগী গুণ মাঙখিবগী মরম্নি। মখোয়শিং অদুদি :—

(১) খৃঃ ১৯২০ দগী হৌনা ভারতনা রাজনীতি ক্ষেত্রদা খুমাঙ চাওশিল্লকখি। বৃটিশকী সুপনম শাসনগী মায়োক্তা অহিংসা আন্দোলনগী লাম্হৈংনবদা ভারতকী ছাত্র-ছাত্রী অয়াম্বা অমসুং অহল-লম্মনশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌরম্মী। মতম অদুদা ওজা-শিংদি অদুগুম্বা আন্দোলন অদু য়াওববদি থবক থাদোকপা তাবনা য়াওখিদে। মদুনা মরম ওইদুনা সমাজগী মীয়াম অমসুং ওজাশিংগগী মরক্তা কাক নাইবা রাখল অমসুং রাঙাঙ হৌরকখিবদগী ওজাশিংগী মকমদগী লুচিংবগী গুণ মাঙহনখি।

(২) হৌজিক্কী ভারতকী ওজাশিংগী তলবকী মচাং অসি য়াম্মন্দবনা ওজাশিংনা য়ুম পুবা ঙমদদুনা লুচিংবগী থবক তৌবদা রাখল অমসুং পাঙ্গল-শক্তিবু নমথহল্লি।

(৩) ভারতকী হৌজিক্কী এডুকেসন সীষ্টেম ( মহৈ তম্বগী নিয়ম ) অসি ফত্তে চায়না কঙ্কনা তৌনরিবা অসিনসু তম্বীরিবা ওজাশিংদা লুচিংবগী গুণ মাঙহন্নবা মরম অমা ওইহল্লি।

(৪) সমাজগী মনুংদা নংনা লৈজবরা ওজাশিং অসিবু তলবতি য়াম্না পীত্রবসু মীপুম খুদিং লাইরিক হৈহন্দবা য়াদবনা মখোয়না তম্বীবা ওম্বা ক্লাসকী অঙাং মশীংদগী হেন্না ক্লাসতা তমহল্লি। অদুদসু নত্তনা স্কুল শঙ মত্তিক চাদবা ( ফত্তবা ) অমসুং ফরনিচর টেবল, চৌকিনচিংবা অচওবা পোৎশিং ) রাৎপনচিংবনা ওজাশিংবু পঙথহল্লি।

(৫) হৌজিক্কী পরীক্ষা মরৌ অসিদি হৈরববা হৈতবরা হায়বা চাংয়েংবগী মহুত্তা নীংশিংবগী শক্তি লৈরবরা হায়না য়েংবগী

চাংয়েংবা ওইনা তৌই। অদুনা, পরীক্ষাগী পাউখুম পীবা ওয়বা খর খরদং খন্দুনা ছাত্রশিংবু থৌরাং তৌহনবগী মওং ওইবনা ওজাশিংগী মগুণ হন্থহল্লি।

(৬) লায়রবা ওজাশিংনা তলবনা খরচ পুবা ঙমদদুনা কোয়চৎ চত্তুনা প্রাইভেট তম্বীরগা অঙাংশিংগী মমা-মপাদগী শেল লৌই। মদুনা তম্বীরিবা ওজাশিংবু অহল লম্মনশিং অমস্তুং ছাত্রশিংনা মখোয়গী থবক তৌনবা অনেকপা মী ওইনা খন্দুনা ওজাশিংগী মগুণ হন্থহল্লি। অসিগুম্বা মরম অসিনস্তু ওজাশিংগী মকমদগী লুচিংবগী গুণ মাঙহল্লি।

(৭) জাতিগী চৎনবী রুহি থাদোক্তুনা নোংচুপলোমগী কলচরদা ভাবতবাসীশিংনা লুপখিবনা (ইনখিবনা) ফত্তবা অস্তুম ওইরক্তুনা ওজাশিংগী মকমদগী লুচিংবগী গুণ মাঙহল্লি।

অসিগুম্বা মখল মখা অয়াম্বা অশোয়বা অমদি ফত্তবা মরমশিং অসিনা ওজাশিংগী গুণ মাঙশিল্লক্তুনা জাতিগী ফত্তবা ওইশিল্লক্লি। অদুনা, প্রজা-সরকার তানদুনা ফত্তবশিং অসি কোকহল্লগদা ভারত থুনা চাওখৎকনি।

**চেনবীয়ু, চেলহনসি লুচিংবগী গুণ ওজাশিংনা,**
**কোকথিনি মতুতদা সমাজগী তমথীবা শাজৎ।**

---

# কনানা নহারোলশিংবু মাঙহল্লি

পিক্লবা নারাসে থদ্মোই লুরি লাইজগুম্মা,
ফরকখিনি থোইনা হেন্না অফ'লক্তা তিল্লগা,
ফৎচিল্লক্লোই অকিবা ফংনা ফত্ত'ফিদম লৌথ্রগা,
অসুম্মা থোকহল্লি নহারোলবু অহল্লোনশিংনা।
অদুনা অহল্লোন ফগৎসি নহারোল ফনবা।

মথক্কী কবিতা অসি পা়রগা হন্না হন্না নৈনসি, নৈর নৈরগা অমৃত কংগনি। পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংনা উতূপকুম্না পঙনা লৈরম্মী; নোংমা নোংমগী অসুম অসুম চাউশিল্লক্লগা মমা-মপা অমসুং লৈমিন্নরিবা মীশিংনা তম্বীবদগী নোংমা নোংমগী শিংবা অসুম অসুম হেঙ্গংলকই। অসুম্না চাউখৎলক্কুনা অঙাংশিংনা পাখং মপূং ফারকপা মতমদা মীওইবগী জ্ঞান শুনা কংই। অসিগুম্বা খোঙথাং অসিদা অঙাং অমনা জ্ঞান তাবা মমা-মপা, অকবা মীরক অমসুং সমাজগী মরক্তা তিনবা ঙমজরবদি অহ-ল্লোনশিংগী অকবা ফিদমশিং অদু তমদুনা য়াম্না অকবা মীশক ওইরকই। অদু নত্তদুনা অঙাং অদুনা অঙাং ফত্তবশিংগী মরক্তা চাউরক্লবদি অকিবা কংনা মহাক ফত্তবা মীশক ওইরক্কনি। হায়রিবা অসি অঙাং অমগী মকমদদা ওইগদৌবা নত্তে, অঙাং পুম্বগী মকমদা ওইগদৌবনি অমসুং ওইনরিবনি। অসুম্না ওই-রক্লিবা ঐখোয়গী ঙসিগী নহারোল সমাজনি, মসিগী হৌজিক্কী অফ-ফত্তসু শীংথানবদা ফত্তবা মশীংনা হেল্লি। মরমদি :—

হৌজিকী নহারোলশিংমা থবক তৌনিংদবা, ওইদবা শাগুবা, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম মশক খঙনা চত্তবা, শা চাবা অমসুং য়ু থকপা হৈনবা, মহৈ তম্নীংদবা, ঈরাং ঈপাক্তা তাউবা অমসুং ফত্তবা লমচৎ-শাজৎশিং চৎপা মীশীংনা হেঙ্গৎলক্লে। মসিবু মরু ওইনা ফংহল্লিবদি মখোয়গা তত্তনা তিন্ন-তোৎনরিবা মথক মথক্কী ওইবা অহল্লোনশিংগী ফিদমশিং লৌবদগীনি। হায়বদি :— চহি ৫ ফাওবগী অঙাংশিংবু ফংহল্লিবনা চহি ১০ ফাওবগী অঙাংশিংননি, চহি ১০ ফাওবগী অঙাংশিংবু ফংহল্লিবনা চহি ১৫ ফাওবগী অঙাংশিংননি। অমুম্না মথং মথং অহল্লোলশিংনা মহারোলশিংবু মাঙহল্লি।



অহল্লোলশিংনা তম্বীজনা নহারোল থরা অসি য়ু-গঞ্জা থকপা হৈরে। অমুম্না নহারোলশিংবু মাঙহল্লি।

নহারোলশিংবু অসুম্না অহল্লোনা মাঙহল্লিবনি হায়বদা পাখীরিবা অহল কাঙবুনা রারৌবীগনু। মরমদি :—

(১) মমা-মপা অমসুং সমাজগী অহল্লোনশিংনা মহৈগী

জ্ঞান ফংবা শাজৎ, লমজিং অমসুং ফিদম উৎপীদবা অমদি পী-বিদবনা নহারোলশিংনা ভাব তাদদুনা শোয়রকপনি।

(২) হৌজিক্কী নহারোলশিংদা অহল্লোনশিংনা তমহল্লিবা লাইবিক মতম (এডুকেসন সীষ্টেম) অসি মতমগা চানদে; হায়বদি— ইবা, পাবা অমসুং অঙ্ক তৌবদা (3 R's) ওইনা তঙ্গানবা মরম্না তম্বদা য়াম্না তলহনবু। অমসুং রাহনবা ওইহল্লি। খুৎকী শিল্পমশিং য়াওনা তমদবা মরম্না লাইরিক তম্বা হেক লোইবদা তলব চাবা কর্ম্মচাবীগী থবক ফংত্রবদি থবক অতৈ তৌনীংদে অমসুং তৌবসু ঙৈত্রে। মদুনা মরম ওইদুনা নহা-রোলশিংবু মরম পূম্নমক্তা ফংহন্দে।

(৩) অয়াম্বা ওজাশিংগী মফমদা লুচিংবগী গুণ য়াওনরক্তবদগী ছাত্রশিংসু ফত্তবশিং ওইহনবদা চূনহল্লি। মসিনা মরম ওইদুনা ঙসিগী ভারতকী ওজা-ছাত্রশিংনা লমচৎ-শাজৎ কয়া শোয়রক্নুনা জাতিগী চাওখৎপদা পন্থিং ওইহল্লি।

(৪) মমা-মপা, প্রজা অহল্লোল অমসুং সরকারনা শেৎন-চানবগী পোথোকশিং হেঙ্গৎহন্নবা জ্ঞান পুথোকপা ঙমদে, অমসুং শেল-থুমগী আয় নীংথিনা লাকহনবা ঙমদে। মরম অদুমা হৌ-রক্লিবা নহাহোলশিংবু অরাবা ন'হাল্লি তমসুং চাওখৎপা ঙমহন্দে

(৫) দেশকী মীয়াম সমাজগী মফমদা ফিদম্নবা ওইবা গুণ য়াওশিল্লক্তবদগী মখোয়গী ফিদমশিং লোইদুনা নহারোলশিংদসু গুণ অসি য়াওদদুনা ফত্তে।

(৬) ড্রামা-সিনেমানচিংবদা নহারোলশিংনা য়েংবা য়াবা হোল তোঙান্না থম্বীহুনা মহৈগী জ্ঞান পোকপা লিলা ( এডুকেসনেল শো ) উৎপীদে, অহল্লোলশিংগী লিলা শো য়েংহল্লি। মহুদা নহাবোলশিংনা নুংশি-কুম্মৈ ( লভ-সিন ) য়েংলুবদা অকনবা যৌবনগী ঈথক্লা থুমহত্তুনা থুনা যুম্বান্নীংহন্দুনা মখোয়গী লমচৎশাজৎপু মাঙহললি।

(৭) নিতিগী মাইক খোংহুনা কান্নদবা কুম্মৈ-ফিরোং তৌহুনা অহিং-মুংথিল লাঙবনা নহারোলশিংবু ককঙাওনহন্দুনা মহৈ তম্বদা পুক্নিং চঙহন্দে। মহু তৌবদা অহল্লোল সমাজনা থিংবগী মহুত্তা পুক্নিং থৌগৎপা পী। মহুনা মরম ওইরহুনা অহল্লোল অমসুং নহারোল সমাজ কাঙবু অনিমক মাঙমিন্নহল্লি।

(৮) ইবৈবাক্কী ফিজেৎ-চাকচা, কর্ম্ম অমসুং চৎনবী রুহিবু থৌশাদহুনা নোংচুপলোমগী ফিদম্বু পান্না অহল্লোলশিংনা ইল্লি। মখোয়না অহুন্না পান্না ইল্লবনিনা নহারোলশিংনা চৎলিবশিংবুসু ফত্তে তৌগনু হায়না থিংবা ঙমজত্রে, ফত্তে খঙনা খঙনা অহুম চৎমিন্নরে। অসুম্না ঙসি জাতিগী ময়েং তাবা ওইহল্লি।

(৯) হৌজিক্কী অহল্লোলশিংনা ঈশ্বরবু থাজবা রাত্তুনা নত্তবা ঙাঙ-শকপা অমসুং ফত্তবা থবক তৌবনা নমই। অহুগুম্বা মখোয়গী ফত্তবা ফিদম অহু লৌহুনা নহারোলশিং ফৎলক্কে।

(১০) চহিগী পরীক্ষাদা ফেল ওইরবা মচা-মশু অহুনা ক্লাস অহদা হপ্পিন্না অমুক তম্নবদি হেক্তা মফগ্রগদৌবনি। মহুগী ভাব তাদবা মমা মপাশিংনা মতিক চাত্রবা মচাশিংবু নত্তবা শক্তি

শীজিন্নহুনা নত্রগা হায়জ-চৎচহুনা মথক্কী ক্লাসতা হেক্তা কাহল্লি। অসুম্না মথং মথং ক্লাস কারকপনা ইউনিভরসিটিনা লৌবা পরীক্ষাদদি ছাত্র অদু শোয়দনা কেল ওইবে। অসিগুম্বা ছাত্র মশীংনা য়াম্মনখিবনা ইউনিভরসিটিগী পরীক্ষাশিংদা অয়াম্বা ছাত্র কেল ওইনরে। অদুবু, কত্তে খঙনা খঙনা নৌনা লিংখৎলক্লিবা



মীনম্বা সারটিফিকেট পীদুনা ক্লাস কাহন্নবা হোৎনবি।
অপঙবা মপা অসিনা মচাবু মাঙহন্নবা শীল্লি।

স্কুলশিংনা স্কুল হিংনবনি হায়দুনা হরাওনৈ। অদুগা অমনা, লুচিংবগী গুণ মাঙলবা ওজাশিংনা নোংমা ফাওবা ময়েক অমত্তা তম্বীখিদ্রিবা অঙাংশিংবু মীনম্বা ঙাঙদুনা মতিক চারে হায়না সারটিফিকেট ইরগা মথুৎকী সহি তৌদুনা পী। নহারোলশিংনা মদু উবদা মীনম্বা ঙাঙবা অমস্তুং ওইদবা থবক তৌবা কান্নৈ খল্লুনা ফিদমহুনা মশা মশাগী অমস্তুং সমাজগী মাঙনবা কত্তবা থবক কয়ামুক তৌহল্লি।

(১১) হৌজিক্কী অহল্লোলশিংনা ধর্ম্ম-অধর্ম্ম অমস্তুং পাপ-পুণ্য মশক খঙনা চত্তবা য়াম্না য়াওনরক্লে। মখোয়গী কিদম লৌহুনা নহারোল ময়াম কৎহন্দে।

(১২) হৌজিক্কী অহল্লোলশিংনা চাওখৎপদি পামই, অহুগা চাওখৎনবগী থবক মতৌ অমস্তুং পাম্বৈ পুখোকপদি ঙমদে। মরম অহুনা মবৈবাক্তা চৎলিবা ফত্তবা থবক-থৌরমশিংবু থিংবা ঙম্নবা থরায় য়াওনা হোৎনদে। মহুনস্থু নহারোলশিংবু মখোয়না মাঙহল্লি।

(১৩) মতম মাঙহন্দবা, মীগী মতেং লৌদবা, পুন্সিগী মমল খঙবা অমস্তুং মথৌ নোম্বা তন্দবা অহল্লোল সমাজ ওই-দবনা নহারোল সমাজবু থৌরমশিং অহুদা ভাব তাহন্দে অমস্তুং কৎহন্দে।

(১৪) করি কবিগুম্বা মতমদা হৌজিকস্থু অহল্লোলশিংনা জ্ঞান মপুং ফাজদ্রিবা নহারোলশিংবু রাজনীতিগী লবুক্তা চিংশিল্লি। মহুনা মমল য়াম্রবা নীংতম রাঙাঙ অমস্তুং নীংতম শাজৎপু জ্ঞান তাজদ্রিবা নহারোলশিংনা চত্তুনা সমাজবু মাঙহম্নবা মরম ওইহল্লি।

(১৫) লৈবাক্কী কিদম্নফম ওক্তরবা ভারত-বাসী কনাগুম্বনা করিগুম্বা মতমদা ফত্তবা লমচৎ-শাজৎ চৎপা উরগা নহারোল সমাজনা তমহুনা মাঙনবগী মশক ওইহল্লি।

অসিগুম্বা ফত্তবা মরমশিং অসি শীংথাবদা এডুকেসনগী ( মহৈগী ) রাখন্দদি থীনা চৈবা নত্তে, চাওখৎনবা খম্নবনি। মরমাদ মসিনা অশোয়বশিং অহু মশক খঙবীহুনা থাদোকলগদা মাতক চাবা নীংতম্বা ভারত-বাসী ওইহুনা ইরৈবাক অমস্তুং ইজাতি চাওখৎকনি।

# অনাথ আশ্রম

**লমজা মচা অমা লৈরবা লৈবাক্তু কাং-থোং চাই,**
**অদুনা ইরৈবাক্তা লমজা মচা থক থম্ফরোই।**

মথক্কী ৱাহৈ খরা অসি মতম কুইনগী মমাঙদগী হৌনা মৈতৈ সমাজগী মরক্তা চৎনবক্লবা হাযবদি হায়নবকলবা পাউরো ৱাহৈনি। মদুগী মবমদি—থায়নগী মৈতৈগী ইপা-ইপুশিংদি লাইরিক্তি থোইনা হৈবা মীশকশিং ওইরমজ্রবসু মহৈগী জ্ঞান অমসুং গুন্না লৈতেংবা মীশকাশং ওইবম্মী। মখোয়না ৱাহৈ খরা অসিবু পাউবৌ ওইনবম্বগী মনুংগী ভাবতি ঃ—

মমা-মপা লৈজজ্রবা লমজা মচাশিংদি পু-পাং শুনা নাউ-য়োক্তবনিনা শেৎপা চাবা মনীং থুংদে অমসুং মহৈ মশিং তমহৌদবা মচাশিং ওই। অদুনা মখোয়দি সমাজগী মনুংদা য়াম্না পীদোম্না লৈ। মখোয়শিং অদুনা চাউরক্লগা জ্ঞান তাদবা মীশকশিং ওই-রক্তুনা সমাজগী মাঙন-তারুবা থবক কয়ামুক তৌরক্তুনা মরৈকাই অমসুং মরৈবাক্কী ফত্তবা থোকহল্লি। অদুনা, লমজা মচাশিংবু ময়াম চঙদুনা শেমগৎলগা লমজা শীংদা চল্লহনগনুসি হায়বনি।

অসিগুম্বা অচুম্বা মৈতৈগী পাউরৌ অসি ওম্থোক্লা ফজগ্রে। অদুবু, মমাঙতৈদসু করি করিগুম্বা মতমদা লমজা মচা কনাগুম্ববু নিংথৌ-মনাইশিংনা কল্লক্তুনা নত্ত-নত্তবা ৱা নিংথৌদা হায়জিন্দুনা মাঙনবসু হোৎনবা য়াওখি। মহুদা লান্দবা লমজা মচানা মঙ্গল ওইবসু ঙমখি।

অদুম্নদি ওইরবদা, মী থুদিংগী থম্মোইদা লমজামচাশিংবু প'ম্নদে। মরমদি— অমোৎপা অমস্তুং শেগায়বা কি শেৎপা লমজা মচাশিংনি, চাবা-থকপা রাৎপনা অমস্তুং অকবা চাবা কংদবনা মশা ময়াং কণ্ডই, মায়থোংস্থ য়েংবদা চিন্তা পুবা শক্তম ওইবনা পুক্লং চন্থনবা ওই, অমস্তুং মরী মতানি হায়বদস্থ চাওখৎনীংঙাই ওইদে। অদুগুম্বা লমজা মচাশিং অদুনা চাউরক্লবা মতমদস্থ পিদোন্না অদুম লৈরে। পিক্লিঙৈদা মহৈ তমহৌত্রবনিনা মপুন্সি চুপ্পা অদুম পঙলগনি অমস্তুং ভাব তাদদুনা সমাজগী মাঙনবা মরম কাওবা তৌরকনি।

অদুনদি লমজাশিংবু সমাজনা করম্বা মওংদা থম্বীগনি? করম্বা পাম্বনা মখোয়বু মীয়ামগা মান্ননা শেমগৎপীবা য়াগনি?

মসিগী অরায়বা পাউখুমদি— মখোয়বু সমাজগী মীয়াম চঙদুনা শেমগৎপীসি। সমাজগী অপূনবা মীৎয়েং অমস্তুং থৌজাল কংলদুনা অকবা মীশকশিং ওইরক্লবা 'আনাথ আশ্রম' লিংখত্তুনা মদুদা পুন্না থম্বীসি। হায়রিবা আনথ আশ্রম হায়বা অসি অতৈবু নত্তে, লমজা মচাশিং অমস্তুং তোল্লবশিংগী লৈকম হায়বনি। অদুগুম্বা মকম অদুদা মখোয়বু পুন্না থম্নগা প্রজা-সরকার অনিগী থৌজালগী মিৎয়েং পীবিদুনা মহৈ-মশিং তমহনসি। অদুম্নদি ওইরবদা, অদুগুম্বা ধর্ম্ম অমা চৎকদৌবনি হায়বা পাউতাক পীশিনবা অমস্তুং নমদুনা তৌহনবা তৌবীগুমসি, মাগী মাগী মপা মপুগী ধর্ম্ম অদু কায়দনা অদুম চৎচনবা তাকপীসি। অদু ওইরবদি আনাথ আশ্রম লিংখৎপদা মথক্ক মথা অয়াম্বা

ধর্ম্ম চৎলবা ভারত-বাসীশিংগী মরক্তা নুংঙাইনদবা রাখল লৈরবোই অমস্তুং চাওখৎমিন্নগনি।



অনাথ-আশ্রমগী অঙাংশিং থবক শূরি

অদুগুম্বা আশ্রমগী অঙাংশিংনা লাইরিক অমস্তুং খুৎশা হৈবগী থবক তম্বদা নত্তনা মশা ইৎনা থবক তৌবস্তু অক্মানগনি। ইংখোল কোইবা, লম-তু শেংবা অমস্তুং মখোয়গী দরকার ওইবা থবক পুম্বা মখোয় মশানা তৌহন্দুনা মীগী মতেং লৌদবা তম্বীগনি। মদুনা মখোয়বু মতিকচাবা মী ওইহনগনি।

**লিংথৎসি ধর্ম্মগী মীচঙ-শঙ্গল নাইদবা অনাথ-আশ্রম।**
**চাওথৎকনি প্রজা-সরকারগী অপূনবা মিৎয়েং চঙবীরবদি।**
**লেমজগনি মতমদুদা ভারত-জাতি ঐখোয় পুম্বা।**

# মৈতৈ নুপী

## নুপী-নিপা চপ মান্ননা অধিকার ফংলবতদা চাওখৎকনি হেন্না মৈতৈ সমাজ অৱাংবা থাক্তা।

লৈবাক মচাশা মহৈ হৈরবা! অনৌবা যুগকী জ্ঞান ফংবশা! হৌজিক্কী মৈতৈ সমাজদা নুপী-নিপাগী থৌদাং য়েংনবদা কনানা হেল্লি খনবগে? কনানা মৈতৈ সমাজ অসি হিংহনবদা অকনবা থৌদাং লৌরিবগে?

মসিদা কনাগুম্বনা হায়বা য়াই:—"নুপী পাঙ্গল শোনবীনি, মকুপ-মতা খরদং শূজবনি। মৈতৈ নিপাদনা মৈতৈ সমাজবু হিংহল্লিবনি। নুপী-নিপা থাদোক্লবা য়াদবদগী অনিমক অদুক খুৎশম্বনা চৎমিন্নবদনি।"

অসিগুম্বা ৱাখল অসি খন্দুনা নুপীবু হৌজিক থোইনা থৌশাবীদে। করিগুম্বা ৱা অমা ৱাঙনরকপদা মথোঙ চাদ্রগা "নুপী ৱানিদা থৌওইনা তৌরুনু" অস্নুম্না হায়নহুনা ঙসি ফাওবা মৈতৈ নিপানা নুপীবু হস্থবা মিৎয়েংনা য়েংবী। মসিনা অমুক তাক্লি, মহুদি— মথোক কারিঙৈগী মতমদা ওইরম্বী ফজবী শকফম অদুবু পাম্বা, অদুগা মখোয়গী য়ুমগী মনাই ওইনবগীদমক থম্বা ওইনা মখোয়না নুপীবু লৌই। মসিমক্তনা মরম ওইদুনা ঙসি মৈতৈ সমাজনা চাওখৎপা মতোল লোমদ্রিবনি।

নীংথিববী ফিজেৎ লৈতেংবা হৈরবী, কালগী ঈরাং কৈথেল কাবিবী মৈতৈগী ইচে-ইচলশিং। পেল্লদবা মরম খবদগী মৈতৈ নুপীশিংনা নখোযবু কালগী নুপী কৌনরিবা অসি ঈকাইদ্রা? ঈকাইবীরবদি মৈতৈ নুপী কনানো হায়বা মশক খঙনবা হোৎনবীয়ু।

অদুনা, খ্বাইনা খঙনরিবা মৈতৈ নুপীগী শকলোন অস্মুম্না শীংথাসি :— নোংঙানবদগী নুমিৎ তাদুনা ভেক তুমদ্রিবা ফাওবা পোথাবা ফংজদ্রবী, তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেং ওইববী মৈতৈ নুপীন। যুমগী থোদাং নোম্বদসু, লৌউ শী জল খুদিংদসু থবক থোবম থুদিং য়াওদুনা নিপাগী মতেং তত্তনা পাংজরিবী অমসুং অঙাং য়োক-থাকপা অমদি রারক-রা[illegible]গী থবক্তা নিপাদগী হেল্লা অকনবা থোদাং লৌরবী মৈতৈ নুপীনি। কোক্তা লুথোং পোৎলূম পুদুনা লল্লোল-ইতিক কোযন চৎলগা মচা-মরা থাকলিবী, মপুবোইববু নুংঙাইনা থম্বা পাম্লবী, থোনা ফরবী অমসুং পুকচেল শেংলবী নুপীদু মৈতৈ নুপীনি। ফিশা-রোনশাগী থবক্তা হেংশিংলবী. খুৎকী বিদ্যা পূম্বা শুনা হৈরবী অমসুং পোথোক্কুনা মৈতৈগী মগুণ চাউহল্লবী অদুসু মৈতৈ নুপীনি। জগোই-ঈশৈদা লাম্বা লৈত্রবী, ভক্তি প্রেম-রস মশক খঙনা চংশিবী অদুসু মৈতৈ নুপীনি; মণিপুরীশিংনা জগোই-ঈশৈদা পৃথিবীদা লাম্বা লৈতে হায়বসু মখোয়না তাকলিবনি। লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈদুনা চাওখৎপা যুগকী জ্ঞান পূম্বা খঙলগা মচা-মশু অমসুং মরামপুরোইববু চাওখৎনবা হোৎনরিবী, পুক্লিং তয়াং-তশোইদ্রবী

নুপীশিং অহুম্থ মৈতৈ নুপীনি। অসিগুম্বা মৈতৈ নুপীশিং অসিদি পুকচেল শেংই, সতি ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎলি, অমস্যুং লুকক হস্থাননা



মৈতৈ নুপীবু মগুণ চাউহন্নসি

চত্তুনা নোল্লুকই। মখোয়গী মশক উবদা বিদেশী মচাশিং অমস্যুং দেশকী ওক্কবা-ওক্কবীশিংনা ঈকাইজহনা মশানা মশাবু ৱারকচহনা লমচৎ-শাজৎ চুমথোকচৈ। অস্মুক মতিক-মগুণ লৈবী নুপীশিং অসিবু পৃথিবীগী করম্বা জাতিশিংগী নুপীশিংনা লাম্বা তৌনবা ঙমলোই।

অসিগুম্নবী মৈতৈ মুপীবু মৈতৈ নিপানা করিগী হম্ববা মিৎয়েংনা য়েংবীরি, ননীং থুংলকত্রবা কান্দা করিগী শল-ইরোই তানবগুম্না তান্দুনা ফূবীরি?



মপুরোইবনা তাহোক্লবী মুপী অসি মপামদস্তু থোশাবীদ্রে,
চগুজকম লৈত্রদুনা হৌজিক অঙাওবী শীংঙ্গা চনখ্রে।
থোকহনগুমসি অস্তুম্না সমাজদা।

পোকমিন্নরিবা মচা য়াঙ্গোল অমবু "নমা নত্রা? নতীম্নি-নম্নাইনি, মুপীনা রাকম থোকই, নিপানা কোম্না লৈকম থোকই।"

হায়দুনা মৈতৈ নিপানা নুপীশিংদা শিন্নখোকই। য়ুমগী মকুপ-মতা নোম্বা অমসুং থবক-ইথ্যাং পূম্বগী মথক্তা মচাশিংগী য়োক-খাকপা অমসুং শেমগৎ-শাগৎপগী অরাম্বা ভারনা নন্দুনা থনম্নগা নিপাশিংনা ভাওশিন্নদুনা কোয়, নুপী লোল্লি অমসুং লাং-ফাংগী থবক কয়ামুক তৌই। হৌদোকমিন্নরকপী অহানবা নুপীবু অখা মিৎয়েংনা য়েংদুনা নিপানি ভমই হায়দুনা ফূদুনা তাস্থোকপী। মপামদা হল্লক্লবী নুপীশিংবু মবুং-মৌপ্বা অমসুং মনম্ম-মপীশিংনস্থ খোশাবীদে, নিংঙোল য়ুমগায়বী হায়দুনা পাউথোকপী। য়েনখা-লুখা অমসুং শাইজিন শয়াদা শাইদাংলবী উচেক-রায়াগুম্না মপামদা হল্লকপী কনাগুম্বী নিংঙোলশিংনা রানা মপুন্সি লেল্লি। মথোয় অদুগুম্বীশিং অদুগীদমক খনবদা মজাংতবু নুংশিবা কনাগুম্বশিংগী থম্মোই কায়রোইদোবা য়াওবগে! মপা-ময়ুম অমসুং মরা ময়ুম, চঙলু চঙলুবা মকম খুদিংদা খাম্বী মৈরানা চূবগুম্না থরায় হকচাং কাহৎলবী কনা কনাগুম্বী মৈতৈ নুপীশিংস্থ লৈ। অসিগুম্বা অরাবা মৈচাক খাঙবা ভমজদ্রবী কনাগুম্বীশিংনা আত্মাঘাট তৌদুনা মাঙখিবগী পাউস্থ মরক মরক্তা তাখি। মরম অদুদগীনি নুপী-নিপা চপ মান্নবা অধিকার ফংমিন্নবনা ফগনি হায়বিবা।

অদুনা, মপামলোমদস্থ নিঙোল পোকপশিংনা লৌরী য়ুক্ষম মমিংদা তম্বীসি। নুপী লোনবা নিপা খুদংনা অতোনবীগী লৈক্ষম অনৌবা অমা তোপ্পা পীবা ভমদ্রবদি দণ্ড পীসি। নুপী অহনগী অচুম্বা রাকৎ খুদিং সমাজ অমসুং রায়েল শঙনা অথুবা অমসুং অচুম্বা রায়েল থুনা পীবিসি। অদুগা, নিপানা নুপী লোনবস্থ

নিয়ম অমগী মথাদা অখিংবা পীসি, অমুক লৌপ্রবা লুপীবু খাইনবা আইন্না কন্না থিংসি। হৌজিক্কী মৈতৈ সমাজদদি নিপা অমনা লুপী মশীং কক্তুনা লোম্নবা য়াওই। অদুগুম্বা তূয়াম লোনবা নিপাগী মচাশিং অদু য়াম্মনখিবনা মীংথিনা য়োকথাক্তুনা মতিক চাবা শিক্ষা পীবা ঙমদদুনা সমাজগী মাঙনবা ওইহল্লি। লুপীশিংসু খিং হাকমল্লি, মদু মৈতৈ লুপীবু চেম্থহন্নবগী মশক্নি। মদুগুম্বা লুপীশিং অদু অশেংবা মৈতৈ লুপী নত্তে, কালগী লুপী অকাওবী কৌই। অদুগা অমনা লুপীশিংবু চেম্থহ্‌বা কোয়চেল চেল্লিবা নিপাশিংবু রারকসি।

য়েংউ, নোংচুপলোমগী ইউরোপিয়ানশিংনা পৃথিবীদা কয়া চাওখৎলি, আমেরিকানশিংনা কয়া য়াম্না কাওগৎলক্লি। মসি করিদগীনো খন্নসি। মখোয়না লুপীশিংবু লুনা তৌই। তূম্বা চাবা, চৎপা খোৎপা অমসুং থৌরম খূদংদা লুপীশিংবু নিপাশিংগা য়েত্না থম্মীদুনা অমসুং মরা-মপাও নীংথিনা লৌবিদুনা সমাজদা মফম চাউনা থমই। ময়ুম অমসুং সমাজ চাওখত্তুনা মরৈবাক মজাতি চাওখৎনবা লুপীশিংবু নিপাশিংগা মান্নমনা মহৈ তমহল্লি। মরম অদুদগীনি মখোয়না নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্লিবা।

অদুনা, ঐখোয়সু চাওখৎনবা হন্থবা মিয়েং খাদোক্তুনা লুপীবু নিপাগা মান্ননা চাওখৎহন্নবা হোৎনবীসি। নোংচুপলোমগী সভ্যতাদা লুপশিনখিদুনা ইজাতি ময়েং তাহনগদৌবদগী কাল্লবী মৈতৈ লুপীশিংনি।

পোথাবা পামজবী, পুন্সি-মমল থওবী মৈতৈ লুপীনি।
হৌজিক্কী মৈতৈ সমাজদি মখোয়তনা কল্লিবনি।

# ধর্ম্ম অধর্ম্মগী লান্থোং

চাওখৎলি ধর্ম্ম লৈতবশিংনা মতম থূদিংদা,
ঙাকথোক্নুনা মশাগী মরালবু মিকুপ থূদিংদা।
হোৎনরবদি অদুম্না ধর্ম্ম লৈবশিংনস্থ মশা কন্নবা
ঙমলোই ফত্তবশিংগী য়েংথী মিৎয়েংনা মাঙহনবা,
জয় তৌগনি লান্দবশিংনা অরানবশিংবু তত্তনা।

মীওইবনা অক্ক-কত্ত খঙনবগী জ্ঞান লৈ অমস্থং মশাগী মগুণবু মশানা খঙজৈ জীব অতৈ দ মদু খ বা ঙমদে। মরম অসিনা মীওইববু শা কৌদনা মী কৌববনি। যেংউ, মীনস্বা ঙাঙবা মী অমনা মতাক মীনস্বা ঙাঙউ হায়বসি মশানা খংজৈ। অদুনা মাগী মীনস্বা রাঙাঙ অদু মীনা খঙখিদনবা মিকুপ থূদিংগী ঙাকশেন্দুনা লৈবনা মতম অখাক কুইবা কাওবা মীনা খঙদে। হূবানবা মীশিংনস্থ মখোয় হূবানবা কত্তবা মীনি হায়বা খঙত্তনা মশাগী মরাল মতম পূম্বদা ঙাকথোক্নুনা লৈ, অদুনা মতম কুইনা মীনা খঙবা অমস্থং কাবা ঙমদে। অস্থুম্বা, মখল মখ অয়াম্বা অধর্ম্মগী কত্তবা থবক তৌবা মীশিংনা মীবু অরাবা তাহল্লগা অমস্থং মাঙহল্লগা মখোয়গী খুদোংচাবা লৌত্তনা নুংঙাইনা পাল্লি। অদুম্বদি ওইরবদা, মখোয়না তৌখিবা কত্তবা থবকশিং অদুগী মশাগী মরান্দি মী খঙদনবা অমস্থং রায়েল-শাসন্না ফাদনবা মতম লৈবখিবিক্তা শেম শাবগী

অরাবা য়াখন্দি খক খাদোক্কে। অদুগুম্বা ফত্তবশিংগী করিগুম্বা মবালদু কনাগুম্বনা খঙলবা কাওবদসু সমাজগী মমাঙদা পুখোক্তুনা লাক্লি অমসুং ফত্তে হায়না কোঙদাকপা য়াদবনা অক শীংদা চন্দুনা তাইবংলক্ত ঙাম্বোইরি। মতুগুম্বশিং অদু উবদা কনাগুম্বনা "মীনুংশি খঙদবা, ধৰ্ম্ম লৈতবা অমসুং পাপকী থবক তৌবশিংদনা তৌভি ক্তি চাওখংলে। অদুগা, অচুম্বা চৎপা ঐখোয়দি অপঙবা তারে, য়ানরে।" অশুম্বা তক্তনা হায়নরিবা। ফত্তবা মীশিংগী অসিগুম্বা তমথীবা শাক্তংশিং অসিনা পোকঙমজবা মীওইবগী মপোকপু শাদগী হেন্না তোল্লবা অমসুং তমথীবা মপোক্তা তাহল্লি। অদুনা শাউনরক্লবা মতমদা "হায় শা! শাদগী হেন্না তমথীবা! মীখীবোং!" হায়না চৈনরিবা।

অসিগুম্বা অধৰ্ম্মগী থবক তৌরবা ফত্তবশিং অসিগী কৰ্ম্ম ফলদি মীনা নত্ত্রগা লাইনা শোয়দনা পীদুনা য়ারকই, খক তোক্কে। অদুবু, সংসারগী অপঙবা মায়াগী মায়থুম্না খুমখিদুনা ঐখোয়না মীওইবনা পীবা দগু অদ্বুদা মখঙই, মখল মখা অয়াম্বা অরাবা পীদুনা ঈশ্বরনা য়ারক্লিবা অদুদি খক খঙদে। মখোয়বু অদুম্না দগু পীনবা হোৎনবদা ঈশ্বরনসু মিকুপ অমত্তা পোংখাবা ফংদনা য়াবীরমগনি খনবদা য়াদবা ঙমদে। মরমদি মহাক্তি ঐখোয়গী ইমা-ইপা অমুপ্পানি অমসুং পুন্নমকপু শেম্বীবা মপুনি। মতম লৈবখিবিক্তা মহাক্না ঐখোয়বু অশোয়-অঙামদগী ঙাকশেন্নবা হোৎনদুনতা লৈরিবনি।

[ নহা ওইরিঙৈদা করিস্থু 'নত্তবা মম্নম অমগীদমক মমাঙ্কবা অমবু থাঙনা যান্দুনা মথুং ককথি। সঙ্গ ফবদগী মহাক্কী মরমলগী দণ্ডি ফংখিদ্রে, অশোকপা অহুদি থা অমগী মতুংদা শিখ্রে। মসিদা ঈশ্বরনা শাউত্নুনা মাগী দণ্ডি পীননবা মিকুপ-ন হুম থুদিংদা শেন্নত্নুনা লৈরকখি। ঙসিদি মহাক্কী হুমিং গুরমাল্লে, মরাল অতুগীদমক ঈশ্বরনা মশা মথন্তনা মাখাঙ ককথংহল্লে। মহাক হৌজিক অৱাবা তাবে। ]



মীহাংপা অসিনা দণ্ডি ফংলিবা অসিদি খ্বাইনা থঙই, মীয় থাঙনা লোন্না যাল্লুবগী দণ্ডি ঈশ্বরনা পীরিবা অসিদি কননস্থু থঙদে। পঙখ্রে মীওইবা ঐখোযসি।

নীংথিরবা মপুগী শিলা কম্পাক্কা মপুনা পামদবা থকক কয়ামুক তৌদুনা ঐখোয়না মাগী মিংচং খীহল্লে। মসি ওঙ্খোক্কা

লানথ্রবা থবক্লি। অদুনা, ইশাগী ইরাল খঙদুনা ফত্তবশিং অসিবু ঐখোয়না থাদোকত্রবদি মীওইবনা খক শান্তি ওইনা পানবা ঙমলোই। অদুগা, বিজ্ঞানগী মহৈ পুথোক্কুনা মীওইবনা ঈশ্বরগী অঙকপা শক্তিগী মতৌ কয়া তম্বা ঙমনরক্লে। অদুগুম্বা পুথোক্লিবা পোৎশিং অদুনা অশান্তিগী থবক কয়ামুক্তা শীজিন্নদুনা মাঙহনবগী মরম্না বিজ্ঞান হৈবশিংবু মিংচৎ থীহল্লি। অসিগুম্বা ফত্তবা রাখলগী থবকশিং অসি থাদোকত্রবদি ঈশ্বরনা মখোয়বুস্থ দণ্ডি পীরকখিগনি।

অতোপ্পা মরম অমনা — হৌজিক্কী অনৌবা সমাজদা য়াম্না শোয়বা মরম অমা কন্না চৎনরক্লি। অসিগুম্বা অশোয়বা ফত্তবা অসিনা মরম ওইদুনা লাইরিক হৈবা মশীং হেক্সংলক্রবা হৌজিক্কী মীওইবা সমাজবু মহৈগী গুণ মাঙহল্লি অমস্তুং লৈবাক্তা অশান্তি থোকহল্লি। মদুদি ঃ—মতম লৈবখিবিক্তা মশাগীদা কান্নবা খল্লবা মীশক কয়ামুক লৈ। মখোয়না অঙাং অমগী অপাম্বা করিনো, নুপী অমনা করি পাম্বগে, নিপা অদুগী পেনগদৌবা করিনো হায়বনচিংবা অদুগী মতুং ইন্না ঙাঙ্ু-শক্কুনা মীপুম খূদিংগা তিন্নবা য়ানবা হোৎনৈ। অহগুম্বা ফত্তবা মীশিং অদুনা পামলিবা থবক্তি য়ামথ্রে ঃ— নুপী কোয়বগী রাপুবা মীশক ওইহনবা, জার শান্ন-মিন্নবা, য়ু থকমিন্নবা, শা চামিন্নবা, পৈশা পুথোক-পূশিন তৌনবা অমস্তুং মখোয়না অপাম্বা থবক অতৈ অতৈ তৌহনবা, অসিনচিংবা ফত্তবা থবক কয়ামুক পাঙথোক্রবা হোৎনবনি। মখোয়গা তিন্নরিবা ওক্তবশিং নত্রগা অপঙবশিং নত্রগা করিগুম্বা কান্নবা খরা পাম্লিরশিং অদুনস্থ পামজনা মখোয়গা তিনৈ।

অসিগুম্বা অরানবা ভাক্তা চৎলবা মখোয়গী লমচৎ-শাজৎশিং অদু উৎদা অচুম্বা চৎপা পাম্বশিংনা মখোয়বু তুককৈ অমম্তুং তিন্নদনবা হোৎনৈ। মরমদি— মখোয়গা য়াম্না লোন্দিংরুরবদি অফবা চৎপশিং অদুগী লমচৎ-শাজৎ মাওশিল্লকনি হায়না খল্লি। অদুবু, অদুগুম্বা অফবা মীশিং অদুবুদি মীতিন্নবা য়াদবা মীশক্নি হায়না ফত্তবশিং অদুনা পাউথোকপী। মসি য়াম্না অরানবগী মশক্নি।

নাতৈ চাদবা রাখল অমম্তুং লমচৎ-শাজৎশিং অনিনা হৌজিক্কী চৎনবী ওইদুনা সমাজগী ফত্তবা মরম কয়ামুক থোকহল্লি। মসি ফত্তে খংদুনা থাদোকপা মতম ওইরক্লে।

অচুম্বা চৎপা লান্দবা মীশিংবু ফত্তবনি খল্লগা
মশাগীদা কান্নবা খল্লবা ফত্তবশিংবু য়ানরিবা
হৌজিক্কী সমাজগী শাজৎসি থাদোক্লগদা
চাওখৎকনি হৌজিক্কী মীওইবা সমাজসিদা।

# পূক্লিং-হকচাং তেকখৎহনবা

খংদবদগী পূক্লিং-হকচাং তেকখৎহনগদগে করম্না মাওংহল্লে থবক তৌদনা পুন্সি পোত্থাবনি হায়দুনা, মাওংহল্লিবনি হৌজিক্কী সমাজগী গুণ মদুনা।

মথক্কী রাহৈ খরা অসিনা নীংঙমদবগা লোয়ননা ঐখোয়বু খোয়রাঙবা পোকহল্লি। লৌউবা, উ শূবা, ফি শাবা, থাঙ শাবা অমস্তুং ফুরিৎ তুবনচিংবা থবক তৌবা মীশিং অদু শিল্লমগী মীশিংনি। ওজা, কেরাণী অমস্তুং অফিসারনচিংবনা জ্ঞানগী থবক তৌবা লাইরিক হৈবা মীশিংনি। মখোয়শিং অসিনা মাগী মাগী থবক তৌবা হেক লোইবগা পুক্নিং হকচাং তেকখৎনবগী-দমক পোত্থাবা পামই। মরম অদুদগী মখোয়না থবক শূদনা রারেম ভাঙদুনা কম্বা অমস্তুং কোয়-লংননচিংবা থবক কয়ামুক তৌদুনা মতম লেল্লি। মখোয়গী মতৌ তমদুনা নহারোল ছাত্র-ছাত্রীশিংসু লাইরিক তৌবগী মতম হেক লোইবগা কোয়-লংদুনা অমস্তুং রারেম-থোবেম শূদুনা অরেম্বদা মতম মাঙহল্লি। অসিগুম্বা অশোয়বা পোত্থাবগী শাজৎ অসিনা হৌজিক্কী নহারোল অমস্তুং অহল্লোল সমাজশিংদা থৎন-চৈনহল্লি, অমগা অমগা নুংশিনহন্দে অমস্তুং মাঙনবগী থবক কয়ামুক থোকহল্লি। মদুনা পোত্থাবগী মহুক্তা থোইনা হেন্না মিপাইহনবা, খোয়রাংবা অমস্তুং লমচৎ-শাজৎ মাঙবনচিংবা মরম কয়ামুক থোকহন্দুনা পুক্নিং হকচাং শোন্থবা অমস্তুং মাঙনবা ওইহল্লি। মীপূম খুদিংগী অদুম্না শোয়-নরক্কুনা হৌজিক্কী ভারত-বাসীগী সমাজগী গুণ মাঙহল্লি।

"হায়! লাঙগন্নুহে ইচাশা, পোত্থাবা য়াদে।" অমুম্না হায়দুনা মৈতৈগী অহল-লম্মনশিংনা হায়নরম্লিবা রাহৈ অসি এডুকেসন (মহৈ) লৈশ্রবা রানি। অমুম্না হায়রিবা মখোয় অদু থবক শূরুবদগী হল্লক্কুনা মাঙোন্দা কমদুনা লৈরিবা মীশকশিংনি।

মসিদগীস্থ ঐখোয়না লায়না খঙবা ঙমই, মত্থদি— থবক শূদনা ক্ষমত্থনা লৈবনা পুক্লিং-হকচাংবু তেকখৎহনবা পোথাবা অত্থ ফংবা ঙমদে, ৱাখল নুংঙাইহল্লগা অত্থগুম্বা অচুম্বা পোথাবা অত্থ ফংবা ঙমই। অহুগা মৱম অমনা, অৱা অনাগী দশা তাৱবা মী অমনা মহাক্কী অৱাবা ৱাখন্দগী থবক কৱিমতা নোমদনা ক্ষমত্থনা লৈৱবস্থ মবুক্লিং হকচাং পুম্বা শোম্থহল্লি। অৱাবা ৱাখল অত্থনা হেনমল্লবদি মহাক তূম্বা-চাবা ফাওবা য়াবক্তত্থনা নোংমা নোংমগী মপাঙ্গল-হকচাং শোল্লক্কুনা শোম্থৱক্কনি, মমৈথংদদি অনা-ৱোয় ওইত্থনা শিবা ফাওবা য়াই। অস্থম্না শিখিবা মীস্থ কয়া য়াওখ্রে, অত্থগা কনাগুম্বা মীশক কয়াস্থ অত্থগুম্বা অৱা-অনানা মপাঙ্গল কেমহনবা ঙাইবা ঙমদ্রত্থনা মথন্ত, আত্মাঘাট তৌত্থনা চন্দবা মখৈ শিনখ্রে। মৱমশিং অসিদগী হৌজিক তশেংনা খঙবা ঙমলে, মত্থদি— থবক শূদনা নুংঙাইনা লৈথোক্লিবনি হায়ৱিবা অত্থ অশেংবা পোথাবা মশক খঙদ্রবা মীশকশিংনি ; মখোয়শিং অত্থদি মশা অমস্থং সমাজবু মাঙনবা হোৎনবা পঙখ্রবা মীশকশিংনি।

ইউৰোপিয়ান অমস্থং আমেৱিকাননচিংবা নো চুংলামগী জাতি-শিংনা অসিগুম্বা অচুম্বা পোথাবা অত্থবু 'ৱি-কিয়েসন' হায়না খঙনৈ ; শিল্পমগী থবক তৌবা কর্ম্মচারীশিং, জ্ঞানগী থবক তৌবা কর্ম্মচারীশিং অমস্থং মহৈ তম্লিবা ছাত্রীশিং পুম্বা মখল মখা অয়াম্বা নাতৈ চানবা থবক্কী পোথাবা ফংনবা হোৎনৈ। ৱি-কিয়েসনগী মতমদা মখোয়না পাঙথোক্লবা হোৎনৱিবশিংদি :—

খরদং চা-থকপা, ক্ষমত্থনা শান্নবা, চেন-চোংত্থনা শান্নবা, খবর পাবা, আউত বুক পাবা, খুৎকী থবক শূবা, ঈশৈ শকপা, বেডিও তাবা অমস্থং মখল মখলগী মুংভাইবা থবক পাঙ-থোকপা অসিনচিংবা অসিনি। অদুনা মখোয়না লমচৎ শাজৎ মাঙবা তৌদনা পুক্সিং-হকচাং তেকখৎপা পোত্থাবা ফংদুনা মহৈ হৈবা হেঙ্গৎহল্লি, এডুকেসনগী মঙাল ফংবা হেঙ্গৎহল্লি, অয়ুক-নুমিদাংগী শিংজন্নরিবা পোত্থোক হেঙ্গংহল্লি, মরৈবাক-মজাতিগী একতা ওইবা রাখল পুরকপা হেঙ্গৎহল্লি অমস্থং হকচাংক হেঙ্গৎহল্লি। পুন্সিগী মিকুপ অমত্তা মাঙহন্দনা মখোয়না অদুম্মা তোংনবদগী নোংমা নোংমগী চাওখৎলক্লুনা মখোয়না হৌজিক পৃথিবীদা চাওখৎপা জাতি ওইরক্লিবনি।

মখোয়গী ফিদম লৌদুনা ভারতস্থ স্কুলশিং অমস্থং অফিস-নচিংবদা 'বি র্কিয়েসন' পীরি। অদুবু, মখোয়না ফংলিবা পোত্থা-নবগী থবকশিং অদু চপ চানা ফংবা ঙমদে, মমিংদা ক্ষজনবা থোনবদা মঙাইরে। অদুগা, নোংমগী মখোয়গী তৌদবা য়াদ্রবা থবক্কী পূংক্ষমদু হেক লোয়বগা ভাব তাদ্রিবা অঙাং মচাগুম্মা রারেম-থোরেম তৌদুনা অমস্থং কোয়-লংদুনা মতম মাঙহল্লি। মসিদগীনি হৌজিক ভারত-জাতি ঐখোয়না চাওখাত্রবা।

খঙবদা কান্নরবা থূদম ওইবা রারী অমা লৈ :—ভারতকী কবিগুম্বা মক্ষম অমদা চন্দ্রসেন কৌবা মহৈ হৈবা নিপা অমা লৈরম্মী। পিক্লিহৈগী মতমদা মমা-মপানা মহাকপু মহৈগী মঙান্না অথোইবা মী ওইনবা পাউতাকশিং পীরম্মী। মহাক মমা-মপাগী

য়াথং য়াম্না ইল্লম্মী, ওজানা তাকপা খক হিক্তোক্তে অমসুং পুক্নিং-হকচাং তেকখৎনবা মখল মখা অয়াম্বা থবক তৌদুনা পুন্সিগী মিকুপ অমত্তা মাঙহল্লমদে। মরম অদুনা বি: এ: পাস তৌরগা উকিল তমদুনা চহি অনি উকিলগী থবক তৌবম্লগা

১। চন্দ্রসেন্না ইঙ্খোল কোযরি। ২। চন্দ্রসেন্না বিচার তৌরি।
৩। চন্দ্রসেন্না বেড শান্নরি। ৪। চন্দ্রসেন্না শাং খাযরি।
৫। চন্দ্রসেন্না মচাশিং তম্বীরি। ৬। চন্দ্রসেন্না লাইরিক পারি।




পুন্সিগী মিকুপ অমত্তা পোত্থাদ্রবা মহাক পুক্নিং-হকচাং
তেকখৎহনবা অশেংবা পোত্থাবা ফংই।

বিচারপতি ওইখি। রায়েল-থৌদাগী থবক তৌরক্লবা মতমদসু মহাক্না পুন্সিগী মিকুপ অমত্তা মাঙহন্দনা থবক নোমদুনা মরল-মথুম হেঙ্গৎহল্লম্মী অমসুং মপাঙ্গল কন্না লৈরম্মী।

তলব চাবা সরকারগী কর্ম্মচারী পূম্নমক্কী মনুংদা বিচারপতি ওইবগী থবক্না খ্বাইদগী হেন্না লুবা অমম্মুং চেকশিনগদৌবনি হায়না মানা লৌখি। মানা খনখি, "ঈশ্বরগী থৌদা মতূং ইননা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা ঐনা রায়েনবগী থবক তৌরে। অসিগুম্বা থবক অসিদি অচুম-অরান খন্দোক-খঞ্জিল তৌবা মরম্না য়াম্না লুপ্রে, অদুনঃ ধর্ম্ম-অধর্ম্ম মশক খঙনা চত্তবা য়াদে। শেলগী মীহৌ-করাম্বনা হৌজিক্কী মতমদা অয়াম্বা বিচারপতি-শিংনা অসিগুম্বা ঈশ্বরগী মহুৎ শিন্দুনা রায়েনবগী থবক্তা অরানবা ঙাক্তা তৌনরে। থম্মোই নিকনা রারবা লাঞ্জত্রবা মীবু দণ্ডি পীবা, মীহাৎপা অমম্মুং হূরান-চিম্থিশিংবু চুমহনবা, অসিগুম্বা অরানবা থবকশিং অসি শেল চাবদগী থোকহল্লিবা ঙাকনি। অসিগুম্বা অরানবা থবকশিং অসিদা লাল্লি খঙনা খঙনা চুন্নবা হোৎনরিবা উকিলশিং অসি ওম্থোকনা নুংশি হৈখিদ্রে। ফত্তবা মীশিং অসিবু ঈশ্বরনা শোয়দনা দণ্ডি পীরকখিনি। অদুনা, অসিগুম্বা অরানবা থবকশিং অসি ঐদি মপোক অসিমগী থক তৌররোই।"

অসিগুম্বা রাখল অসি খন্দুনা অচুম্বা বিচার তৌবদগী প্রজাশিংনা মাবু ধর্ম্ম লৈবা মীনি হায়না ঈকাইখুম্নখি অমম্মুং প্রজাশিংনা নুংঙাইনা পানখি। মহাকনা অম্মুম্না ফিদম্নবা য়াবা মীশক ওইথ্রিবা অদু 'রি-কির্য়েসন' গী থবক নীংথিনা পাঙ-থোকপা মীশক ওইরকপদগী লমচৎ-শাজৎ মাঙদবা অফবা মী ওইবদগীনি।

থবক শূদনা পোত্থারিবনি অমসুং মুংঙাইরিবনি হায়দুনা লৈরিবা মহৈ হৈবা অভম্বশিংবু এড্‌ুকেসনগী ( মহৈগী ) মঙাল কংদবনি হায়না মানা লৌখি অমসুং তুকচনা খনখি। অদুনা মহাক্তি অয়ুক ভন্না হৌরগা শূমাঙ-থেল্লোং শিঙ্তোক্লগা মচীল-ময়া শেংদোক্তুনা মখোঙ-মখুৎ হামদোকই, ঈশ্বরবু খুরুম্বা লোইরগা মখুৎনা য়োৎপাক পায়দুনা ইংখোল কোই, অদুগী মতুংদা ঈরুজ-থোক্লগা অফিসকা মরী লৈনবা লাইরিক লাইশু য়েংলগা চাক চদুনা অফিস কায়। অফিসকী থবক লোইরগা চেল-চোংদুনা শান্নবা য়াওই। ময়ুমদা হল্লক্লগা মচাশিংগী লাইরিক তম্বগী মরমদা খরা য়েংশিল্লি, চাক চারগা তুম্লদাইদা ঈশ্বরবু খুরুম্লগা তুমথখি। অসুম্না মহাক্না পুন্সিগী মিকুপ অমা ফাওবা পোত্থাদনা নোমদুনা পুক্নিং-হকচাং তেকখৎনবগী পোত্থাবা অদু কংদুনা মপাঙ্গল-মরল চাওখৎলকখি। মাগী মতৌ তমদুনা তোৎনজবদগী লায়ববা মচা বিক্রমকেতু হায়বা মরৈকায়দা লৈবা অদুসু মহৈ-মশিং হৈদুনা নোংমা নোংমগী চাওখৎলকখি। নোংমদি মানা চন্দ্রসেমগী মনাক্তা লাক্লগা মানা চাওখৎচরকপদি মহাক্কী ফিদম তমজবদগীনি হায়না হায়রম্মী। মতম অদুদা চন্দ্রসেম্না পেল্লদুনা হায়খি, "নহাক্কী পুকচেল শেংবা অমসুং এড্‌ুকেসনগী ( মহৈগী ) মঙাল কংবা রাহৈ তাবদা ঐ য়াম্না পেল্লে। অদুম্না নংগী ঐগী ঈমুংগী মীশিংসু চাওখৎহনসি, লৈকাইগী মীশিংসু চাওখৎহনসি, লৈকাইগী মীশিংসু তম্মানসি, অদুওইরবদি ভারত-সমাজ চাওখৎকনি।" অসুম্না পুকচেল খোয়জেল তিম্না মখোয়নি পুন্সিগী অরোইবা

য়াহিপ কাওবা চাগা তিগ্নখি অমস্তুং চাওখৎমিন্নখি। অতুনা হৌজিক্তি ঐখোয়না তশেংনা খঙলে, মতুদি :—

থবক শূদনা লৈথোকপা মীশিংদি পোখাবা নত্তে, পথহনবনি। হোংদোক-হোংজিলগী থবক মথল মথেল নিতিগী নোম্লবদি পুক্লিং-হকচাং তেকখৎহনবা পোখাবা ফংদুনা চাওখৎকনি।

---

# প্রজা-সরকার

মশা অমত্তনি হৌজিক্তি প্রজা-সরকার,
থেন্নরম্মী অনি'সি থায়নদি য়ামনা।
হৌজিক্কী মতমদা চাওখৎলিবা জাতিদুদি
আন'সি থোরম খূদিংদা খুৎশম্না চৎপননি।

লৈবাক মচাশা, মহৈগী গুণনা লৈতেংবীরবা! হৌজিক্কী অনৌবা যুগকী ইতিহাস পাবীববশিং! অমুক্তা নীংশিংবীয়ু অতুদৈ (মমাঙদৈ) অমস্তুং হৌজিক্কী প্রজা-সরকারগী খেন্নবা নত্রগা মান্নবা। চাওখৎমিন্নবগীদমক্তা মসিবু পাবী-তাবীদ্রিবশিংস্তু খঙ-জিনবীবা কান্নগনি। হৌজিকী ভারত-জাতিদি মতুতদা লেপ্পমক চাত্তখৎকদৌবনি।

অথোয়-নাপল কাজদ্রবা প্রেমগী খূদোল ওইবা রাহৈবু ভক্তিগী শেম্পাক্তা হাপচতুনা সমাজ নক্মলাংদা তাবীনবা কংখোকচরি :—

অদুগৈ পুকোক হাক্তক্কী মীওইবগী ইতিহাসকী ৱারীদি তাবদা থম্মোই কায়নবা অমস্তং ঈকাইনবগী মশক্তি। মদুদি :—লৌশিংগী থোপতি মীওইবগী মাথাদা (কোক্তা) ঈশ্বরনা পীবিরক্লবস্তু অফ ফত্ত থোইনা থস্তবা ঙম্লমদে। করি অমুক হায়গনি মীওইবনা ফি শেত্তনা শা-ঙাগী মতৌগুম্না লৈকুৎ-লৈরাই, উক্রোং-ৱাক্রোং অমস্তং চীংনুং মাম্নুংদা লৈরম্মী। অস্তুম্না মখোয়না য়াম্না ৱানা কোল্লূপ কোল্লূপ অমস্তং শঙ্গু শঙ্গু লৈবকপদা শা-উ:চকশিংনা মহুম-মকোন্নচিংবা শারগা নুংঙাইনা লৈবা উদুনা মতৌ তম্লগা খাংপোক মচা মচা শাদুনা মখোয়স্তু লৈবম্মী। অহানবদদি মখোয়না নূং অমস্তং উ:তেক ৱাতেকনা খুজু-খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরম্মী, মৈ শীজিন্নবা হৈতদুনা অশং-অমান চারম্মী। মথং মথং অস্তুম অস্তুম চাওখৎলক্কুনা খুজু-খুৎলাই শাবা, মহৈ-মরোং থাবা অমস্তং মৈ শীজিন্নদুনা অথোংবা পোৎ চাবা হৈরক্লম্মী। অস্তুম্না মথং মথং চাওখৎলক্কুনা হৌজিক্কী মীওইবা সমাজ ওইরকপা ফাওবা অসি মতম য়াম্না শাংগ্রে; মদুগী কুপথবা ইতিহাস অদু নীংশিংলবদি তু চুংদবা অমস্তং পি তাদবা ঙমলোই।

অস্তুম্না ৱানা ওইরকপা মীওইবা সমাজগী মনুংদা প্রজাসরকার থায়রকপগী মরমদা অমুক থন্নরসি :—অহানবদগী হৌনা মীওইবশিংগী কোল্লূপকী ওইবা শাগৈ-নাতৈ নত্রগা কাঙলূপশিংগী লুচিংবা অমমম লৈরম্মী। মহাকনা হায়বা অমস্তং তাকপা পুম্বা মখোয়না ইল্লম্মী। অদুগুম্বা শাগৈ-নাতৈ নত্রগা কাঙলূপশিং অদু করি করিগুম্বা মতমদা থৎন-চৈনবা অমস্তং শা-লাল শোক্লবা

ওইরম্মী। মতুদা মায়থীবা কাণ্ডলূপনা অঙম্বা কাণ্ডলূপকী মখা পোন্না লৈরম্মী। অতুগুম্বা অওম্বা কাণ্ডলূপ অতুনা অতৈ কাণ্ডলূপ-শিংবু মথং মথং জয় তৌরক্তুনা শক্তি চাওখৎলম্মী অমসুং মখোয়গী লুচিংবা অতুনা নিংথৌ ওইরক্লম্মী, অতুগা অতৈনা প্রজা ওইখি।

অসিগুম্বা মতাং অসিদা নিংথৌগী শক্তিদি অঙকপনি। মানা অচানবা মনাইশিংগা তানতুনা তমথীবা শাজৎ চত্তুনা প্রজাশিংবু



থাযনা প্রজা শক্তি লৈত্রিডঁদা নিংথৌগী শাসন অৱাবনি।

ওৎ-নৈত্রনা পাল্লম্মী অমস্তুং প্রজাশিংবু তীল কাণ্ডগুম্না খন্দুনা মখোয়না হায়ববু ইন্দ্রবদি হেক্তা হাত্তোকপদা কনাগুম্বা অমত্তনা আপতি তৌবা ঙমলমদে। অস্তুম্না পৃথিবীগী মক্ষম পূম্বদা নিংথৌশিংনা মনীং মখা - তৌবা শাসনা মখাদা প্রজাশিংনা কপ্পুনা রানা পুন্সি লেন্‌খি। হায়রিবা শাসন পায়বা নিংথৌ অমস্তুং মাগী অচানবা মনাইশিং অদু সরকার নত্রগা গোভর্মেণ্ট হায়না হৌজিক ঐখোয়না খঙনরিবা অদুনি।

লৈবাক লৈবাক্কী জাতিশিংগী ধর্ম্ম লাইরিকশিং পারগা অস্তুম্না খঙবা ঙমই, মত্রুদি ঃ— হিংচা-য়াইতম্বা ফত্তবা মীশিং অমস্তুং নিংথৌশিংনা মতু শোল্লবা প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবদগী কল্ল-বগীদমক ঈশ্বরনা মহাক্কী বর-শক্তি হাপ্পুনা দেবা-দেবী কয়াম্মক মীরক্তা থারক্লম্মী; করিগুম্বদনা লাইগী শক্তি পুবা মহাপুরুষশিং পৃথিবীগী মক্ষম থৃদিংদা পোকহনখি। শম্না হায়রবদা মীগা লাইগা শম্নবা হায়বা মতম অমস্তু লৈরম্মী। অস্তুম্না ঈশ্বরনা মতু শোল্লবা প্রজাশিংবু কল্লবা হোৎনখিবা অদু মতম শাংলবস্তু অশম্বা ইতিহাসকী খোঙচত্তা পারগদি মতম খরদনি হায়না কলপ্পা তৌবা য়াই।

অসিগুম্বা মতম অদু লোইরক্লবা ফত্তবদা মরম কয়াম্মুক্তি কোক্লবস্তু নিংথৌশিংনা প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবা অমস্তুং অরাবা পীবদি পূমকোক কোকপা ঙমলমদে। মত্রুদা ঈশ্বরনা শাউত্রনা হন্দক্তি শাক্তি অমা পুথোক্লমাল্লে. শক্তি অদুনা প্রজাশিংগী পুন্নিংবু ময়া থাংবিদ্রনা মহাপুরুষশিংনা লুচিংবা মী ওইহন্দুনা নিংথৌশিংগী

শক্তিবু লোৎথোক্লবা পৃথিবীগী মকম পূম্বদা হোৎনহল্লকখি। অচুম্বা ফংনবগীদমক অমস্নুং প্রজাশিংগী শক্তি ফংনবগীদমক অরাবা কোঙ্গোয় খাঙডুনা মহাপুরুষ অমস্নুং নেতা কয়ানুকনা আম্মা হকচাং মথৈবাক-মজাতিগীদমক বলিদান তৌবা হৌরকলম্মী। অসিগুম্বা খিদম্নকন ওইরবা মহাপুরুষশিংগী মরক্তা ভারতদা বাপুজী মহাত্মা গান্ধীজীনি হায়না খ্যাইনা কন্না তৌনৈ। মহাকনা মাগী



তুংইনবা নেহেরু অমস্নুং রাজেন্দ্র প্রসাদনচিংবা নেতা কয়ামুক্তা লোয়ননা বৃটিশকী শাসন থাদোক্তুনা ভারত স্বরাজ পীয়ু হায়না অহিংসা অসহযোগ আন্দোলন তৌখি। বৃটিশনা ভারতবাসীশিংবু মনাই ওইনা শীজিন্নদুনা ভারত শাসন তৌবদু থাদোকনীদবদগী আন্দোলনকারী মুপী অঙাংশিং কাওবা মাওনা

হাৎখি, কয়ামুকনা অকনবা চৈরাক পীভুনা চহি কয়া কয়া জেলদা থমখি। অসুম্না মখোয়না ভারত-বাসীশিংবু অরাবা পীখিবা অদু নীংশিংলুরবদি থম্মোয় কায়খিগদৌই। অদুগা নেতাজী সুভাস চন্দ্রনা লুচিংবা কাঙবু অমনদি মখোয়গী কু-নীতি অদু থাঙবা ঙমজব্রদুনা হাকথেংননা অকনবা লাম্থেংনখি। ভারত-বাসীশিংনা মতৌ অসুম্না মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা হিংসা অমসুং অহিংসাগী থবক চপমান্নবা পায়খৎলকপা উবদা মিহৌ-করাম চাউবা ইংরেজী সরকারনা কিরক্লদুনা খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৫দা ভারত থাদোকখি, হায়বদি ভারত স্বরাজ পীখি। অসুম্না নিংথৌশিং অমসুং লোইচনবা জাতিশিংগী ফত্তবা শাসন মাঙহন্দুনা প্রজাশিংনা নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবদা মীওইবা প্রজা কয়ামুকী থরায় মাঙনখ্রে অমসুং অরাবা নংখ্রে; হায়রিবা অসি পৃথিবীগী মফম পুম্বা শীন্নুংনা থোকখিবনি। থৌথোকশিং অদু অহাল-অকোল নাইনা মতম য়াম্না শাংনা থোকখিবনি, অদুবু অশমবা ইতিহাসকী খোঙচৎতা পারগদি অকক্লবা মতম অমত্তনি হায়না কল্পনা তৌবা য়াই।

অসুম্না রানা হোৎনদুনা ভারত নীংতম্বা ফংলবা মতম অসিদা প্রজাশিংনা অপাম্বা মীশকশিং খল্লগা ইহুৎ শিলহন্দুনা সরকার হায়বদি গোর্ভমেণ্টকী থবক পুহনবনি, অদুনা প্রজা-সরকার মশা অমত্তনি। মরম অসিদগী হৌজিকী সরকারদি প্রজাশিংনি, প্রজানা সরকার ওইবনি। প্রজা-সরকার মশা অমত্তনি। রাফম অসি ভারতকী নিপা মুপী পুম্নমকনা খঙনরবনি,

পিক্লিবা অঙাংশিং কাওবা লাইরিক তম্বদা থেংনবা নত্রগা অহল লম্মনশিংনা তাকপীবদগী অমস্থং ব্রারী তৌনবা তাবদগী খঙ-নরিবনি।

অসি য়ৌরবা মতাং অসিদা ভারতবাসী অয়াম্বনা মশাগী কান্নবা পাম্বগী পুকচেলনা চুমদবা অমস্থং নিয়ম কায়বা শাজৎশিং চৎপা মরম্না খঙলবস্ খঙদবা ওইখ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা ভারতপু ঐখোয়না হৌজিক অথুবা খোঙথাংগী চাওখৎপদা পল্লিং ওইহল্লি, মসি থম্মোই কায়নবগী মশক্লি। অদুনা, চাওখৎ-নবগীদমক্তা ঐখোয় খুদিংমকনা অশোয়বা কত্তবশিং অসি খঙজিন্দবা য়াদে। মদুদি :—

(ক) ওজা, কেরাণী, অফিসার অমসুং লৈঙাকপগী থবক তৌবা কনা কনাগুম্বশিংনা লুচিংবগী গুণ য়াওদবদগী মাগী মাগী মথৌদা পুকনিং চঙত্রিবা, অচুম্বা শাজৎ চত্রিবা অমস্থং মশা নুংঙাইনবা হোৎনবা য়াওরিবশিং অসি মাঙনবগী মশকনি। অদুনা থুনা থাদোক্কবা য়াদবা তানকম ওইরবনি।

(খ) লম্বী-খোং, য়ুম-কৈ অমসুং অতৈ থৌরমগী কনা কনাগুম্বা ঠিকাদারশিংনা মখোয়না লৌরিবা ঠিকাগী থবক অদুদা শেন্দোং য়াম্না কংনবগীদমক্তা শেল য়াম্না চঙদনা থবক লোইশিন্দুনা মীনম্বা থবক তৌবা য়াওই। মদু মশা অমস্থং সমাজগী ইরল মাঙনবগী মশকনি অমস্থং প্রজা সরকারগী মকমদা মীনম্বনি। প্রজাশিংনস্থ অদুগুম্বশিং অদু তৌহন্দনবা জ্ঞান তানা হোৎনরবদি ঈরাং থোক্কনা শাস্তি ওইনা অকবা মওংদা চথবা য়াগনি।

(গ) সমাজগীদমক্তা লিংখৎলবা স্কুলশিং, অফিসশিং অমসুং রাযেলশণ্ডশিং, অদুগা মখোয় অদুদা লৈবিবা পোৎশিং অদু প্রজা ইশামক্কীনি হায়না খন্দদুনা থোশানা তৌদবা কনাগুম্বা যাওই। মদু মাঙনবগী মশক ওইবা অপঙবনি খন্দুনা থুনা থাদোকপা মতম ওইবে।

(ঘ) ভাবত সবকাবনা মখল মখা অযাম্বা প্রজাশিংগী থবক-থোবমশিংদা চহি খূদিংগী শেল-থুমগী মতেং পীবিবি। ইবৈবাক ইজাতিগী চাওখৎনবনি খন্দুনা লৈত্রবা ফাওনদা মীবৈবাক্তগী পূদুনা ফাওবদা পীরিবনি। অসিগুম্বা মতং অদু ফংলবা মতমদা থবক নীংথিনা চত্থদনা লৈবগী পাউ মবক মরক্তা তায়। অসিগুম্বা কত্তবা অদু ভাবতবাসী কনাগুম্বা অমনা তৌবীগে খনবীদবা কৈ।

(ঙ) কৈবোই-লৈকাইগী অমসুং ইবৈবাক-ইজাতিগী চাওখৎনবা থবক থোবম খূদিং গোভর্নমেণ্টনা (সরকারনা) মবাইনা হোৎনজগনি খন্দুনা লৈথোকপা ফত্তে। প্রজাশিংনা তানবীদুনা হোৎনবীবগা ঙমদবশিংদু সরকাবগী মতেং লৌবিদুনা প্রজা-সরকার হোৎনমিন্নবদি শোযদনা ঙমগনি।

(চ) ভাবত অসিদি ধর্ম্ম মখল মখা অয়াম্বা চৎলবা প্রজাশিংনা ভাবত-বাসী ওইববা অমসুং ভাবত-জাতিগী প্রজা শেম্নবা লৈবাক্লি। ধর্ম্মগী মিচং-শঙ্গল নাইবা রাখন্দগী করিগুম্বা মতমদা খৎন-চৈনবা অমসুং নুংশিনদবগী রাথোক ওইবা য়াঙ-নরিবা পূম্বা ভারত জাতিগী অমসু ভারত-মাতাগী ময়েং তাহনবনি।

অতুনা অমত্তা ওইবা ভারতকী প ুজা ওইবা রাখন্দা চাম্লনা লৈমিন্নত্রবদি খক চাওখৎপা ঙমলোই ।

অসিগুম্বা অশোয়বা অমদি ফত্তবশিং অসিবু থাদোকপীদুনা প ুজা-সরকার মশা অমত্তান খন্দুনা ভারত-বাসী মীপুম খূদিংনা হোৎনবীবা মতমদদা ভাবতনা থুনা চাওখত্তুনা অতোপ্পা লৈবাক-শিংগী চাওখৎপা জাতিশিংগুম্না ফগৎপা ঙমগনি ।

---

# মৈতৈ-লোউ

পাল্লবদি নিয়ম চুম্না মৈতৈ-লোউ অশেংবা
চাথোক য়ামনা হেঙ্গৎকনি মৈতৈ পোইরৈদা ।
উরবদি লো চহিদা অনিরক পোইরৈ 'সিদা
পিদোন্না লৈরোইদকো ঐখোয় অসুমনা ।

মণিপুরদা লৈবা মীশিংবু মণিপুরী কৌই। মৈতৈনা নম্মা লৈ হায়দুনা লৈবাক অসিবু মৈতৈ লৈবাকসু কৌই। চীংলোল মাপন্না কোয়শিনবা মৈতৈ লৈবাক্কী লৈবাক লৈহাওদি ঈশিং-সুংশিৎ ফবনা য়াম্না কৈ। মরম অদুনা য়েলহৌডৈদগী হৌনা লৈবাক অসি লৌউবা লৈবাক ওইবনা লৈরিবা মীশিংসু চাক চাবা জাতিনি, তল চাবা হৈনদে। মৈতৈ মচাশিংগী মরু ওইবা শিনফমদি লৌউবনি অমসুং লৌমী খুদিংমক্না মপা-মপু হাক্তক্তগী

হৈরক্লবা মমল য়াম্লবা লৌউবগী বিচ্ছা মতিক চানা হৈহুনা মৈতৈ-লৌউ হায়না ফাওই। হৌজিক্কি মৈতৈ লৈবাক অসিদা মীশীং য়ামখৎলক্লবনিনা কৌথোক হেক্সৎহন্দবা য়াদহুনা লৌকমশু য়াম্বা মমাঙৈঙৈদগীদি য়াম্না হেক্সৎলক্লে, অহুবু অয়াম্বা লৌকমশিংদা অশেংবা মৈতৈ-লৌউ শীংজনহুনা লৌ পানবা ঙমদবদগী মৈতৈ লৌউগী মগুণ হন্থহন্দুনা চাথোক ৱাংগুনা ৱানরিবা অসি খল্লুবদা ওস্থে ক্লা পেন্নখংগ্রে। অহুনা, অশেংবা মৈতৈ-লৌউ করম ভৌবগে হায়বগী মশক-মওং অমস্তুং করম্না মসিবু ময়েং তাহল্লকপগে হায়বনচিংবা কুপথনা নৈনদবা য়াদবা তানকম লাক্লে।

## মৈতৈ-লৌউগী মশক তাকপা :—

কুমগী অহানবা নোংনা লৌবুক্কী লৌকম চোৎলবা মতমদা মৈতৈগী লৌমীশিংনা লৌতাহুনা লৌকম পূম্বা অমুক অমুক্তং খোইদোকই, মহুবু সোম থাবা হায়না খঙনৈ। অহুগী মতুংদা খোইথ্রবা লৌকমশিং অহু কারন্ননা অমুক্কা খোইদোকই, মহুবু লৌকম কারল লাকপা হায়না খঙনৈ। অস্তুম্না কারল লাক্লবা লৌকমশিং অহু কালেনগী মুংশা চাহন্দুনা নাপী-শীংনা কংহন্দুনা মতম খরা থমনৈ। মহু অতৈ করিগীস্থু নত্তে, লৈবাক ফ্রোং ফ্রোং কায়হুনা ওইনম্লগা হয়েং চীংজিলগী নোং তারকপা কান্দা লৈবাক লৈহাও চেন্দুনা হার য়াম্না কারগা কৌথোক হেক্সৎনবগীদমক্সি।

কুপথনা নৈনরবদি মৈতৈ লৌউগী মনুংদা লৌ পানবগী শাজৎ অহুম চৎলি ; মহুদি :—পূংহুল, পাম্ফেল অমস্তুং অরিংবা।

পূংহুলঃ—খরা কুংলপ তৌবা ঈশিং ৱাংলোইদৌবা লৌকম নত্রগা ঈথৈগী ঈশিং নীংতৌনা শীজিন্নবা য়াগদৌবা লৌকমশিংদা পূংহুলগী লৌ পান্নে। কুমগী অরেপ্পা লৈতবা নোংদা লাকত্রিভৈগী মমাঙদা কারল লাকপ্রবা লৌকমশিং অহু হঞ্জিল হঞ্জিন্না লৌওল তরেৎ-নিপাল্লক খোইদোক্কুনা লৈবাক কুপহল্লি। অচৌবা লৈবাক লাঙ্গোনা তোইবদা ৱাগদৌবা অহুনা উকোক মকোক শাংনা পান্দুনা থুংনা পায়বগা লেপশু শুহনা থুগায়নৈ, তোক তোক হাযবা মখাল থোকহন্দুনা শুট হাযহনা মহুবু তোকশু হায়নস্থু খঙনৈ। লাঙ্গান্না খোইবা ঙমদবা লৌয়াকাচিন অমস্থুং লৈবীনচিংবা লৌক্ষত্তগী মক্ষমশিং অহু য়োৎপাক



মৈতৈ লৌউগী অথোইবা খুৎলাইশিং

অমসুং থাঙজৌ শীজিন্নরুনা য়াম্লোকপা অমসুং নাপী হাইদৎপন-চিংবা তৌই। লৌপু অরুনা লৌকম অহু হার হাপ্পী লবদি ময়ুমগী শঙ্গোল ময়াদা পৈদুনা থম্লিবা শম্নীবুংদগী শম্নী শল-গাড়ীদা হোন্দুনা লৌকমদা চাইথোক্লগা লাঙ্গোল য়োৎলমগী লৌখোইনা লৈবাক্কা তোংখাইনহল্লি। অমুম্না খোইদোক্তুনা ক্রোং ক্রোং লাউরবা লৌকম অহুদা মরূ চঙবা অকংবা ফৌ চাং মান্নবা হুল্লগা কারল লাক্তুনা ওমশিন্দুনা থমনৈ। মতমগী মতুং ইন্না ফৌশিং অহু হৌরকই অমসুং কুমগী অরেম্বা লৈতবা নোংগা লোয়নমা ফৌশিং অহু রাংখৎলক্তুনা পুমশং শংজিল্লকই। ফৌনা খ্বাংমুক রাংখৎলকপা অমসুং লৌকমদা ঈশিং তুংলক্লবা মতমদা ফৌরক্তা



অহুপকী মতিক যতন তৌরগা অহুপকী
মতিক ফৌথোক হেঙ্গৎলি

নাপী শীংনা য়াম্না হৌরক্তুনা ফৌ পাম্বীশিং অহু মখোয়না লাহত্তুনা মাঙহনগদোবগী লাক্লে। মতম অহুদা লৌপু অহুনা লৌরোম্নব-শিংগা থুল্লং তৌনহুনা লৌরক্তা লৈবা নাপীশিং অহু মল্লগা খুদাপ

হেক ফারকপগা খুৎনা লৈশিন্দুনা মতুম তাহল্লগা কোখোঙ ময়াগী লৈখোমদা খোঙনা অরুবা লৈনুং ফাওবা নমথখি। মতু অতৈগী নত্তে, নাপীশিং অদু পুমথরক্লগা হায় কাহুনা কৌ ফহন্নবনি। মসি তৌরিঙৈগী মতমদা অকুংবা মফমদগী কৌপাল ফোয়রগা অরনবা মফমদা লিংশিল্লি, করিগুম্বদনা অতোপ্পা মফমদগী লোহোল পুবক্তুনা অরনবা মফমশিংদা লিংশিল্লি। করিগুম্বা মতমদনা শমজেৎ উকায় তক্তুনা নাপী পেংখোক-পগী থবকসু তৌই। অসিগুম্বা থবক মওং অসিবু লোবেংবা হায়না খঙনৈ অমসুং মসি ফোখোক হেঙৎহন্নবগী অখোইবা পাম্বৈ অমনি। কৌ ফনবগীদমক মতম অসিদা লোউবশিংনা হোৎনবা অসি অঙকপনি। মৈতৈ-রাহৈদা "চীংজীল লোউপাম্বা-দদি মমা শিবা ফক্লোংনা কুপ্তুনা থম্মু" হায়বা পাউরৌ অদু অচুম্বনি। লৌ নীংথিনা পানবা ঙম্নবগীদমক্তা মখোয়না খুবৈ অমত্তা চখোকপা শংজদে, নোং ফুং হেক ঙানবদগী নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা লৌতারগা ময়ুম ময়ুমদা হন্দুনা চাক চারগা অমুক নুংথিল পোবোপ্পগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লৌতাই। করিগুম্বা মতমদনা উবাক-উকায় তক্তুনা কৌপাল পোপ্তেক লৈহন্দুনা হোৎনৈ। মতু অতৈগী নত্তে, কৌপালগী অনৌবা শক্তি পীনবা, কোখোঙগী লৈবাক মতা মাম্নবা অমসুং কৌপাল নাহাওনদনবনি। মরক মরক্তসু অনৌবা ঈশিং লোখোংদগী থাদোক-থাজিল তৌহনা ঈশিংগী অনৌবা শক্তিনা লৌ ফহননবা হোৎনৈ। অসুম্না মথল মথা অয়াম্বা পাম্বৈ শীজিননহুনা থায়নগী মৈতৈ-লৌমীশিংনা

কৌথোক কনবা হোৎনরম্বা অদু অঙকপনি। হৌজিক্তি হোৎপবুদি হোৎনরি হায়ববু থায়নগী শাজগুগী য়াম্না হুম্বয়ক্লে, মসি অয়াবনি।

অসিগুম্বা পুংহুলগী কৌদি মরূ য়াম্না চঙই, কৌথোক য়াম্না লৈ অমম্বুং চাবদা য়াম্না হাওই। শঙমদা চাওরাক্লা কৌবোৎ কুন-মঙা কাওবা থোকহনবা ঙমই।

**পাম্ফেল :—** অনিশুবা লৌপাল পাম্ফেল হায়বা অসিসু য়াম্না কবা লৌপাল মথল অমনি। মসিসু খবা কুৎলপ তৌবা ঈশিং য়াত্তনা তুংগদৌবা লৌকমশিংদা পাম্নৈ। লৌ খোইবগী লৌওল মশীংদি পুংহুলগীগা মান্নরবসু মসিনা কুপশিনবা অমুক হেল্লি, মদুদি :— কালেনগী নুংশাদা অহুম-মরিরক খোইদোক্তুনা নুংশা চাহল্লবা লৈবাকশিং অদু কুমগী অয়েম্বা লৈতবা বরসাগী নোংনা লৌকমদা ঈশিং হেক তুংলকপগা উবাক-উকায় তক্তুনা নমখোই নমখোইদুনা খোইদুনা লৈনাং তাহল্লি। অদুম্বা হোৎনদুনা লৈনাং তারবা ঈশিংদি তুংদরা লৌকমদা মতোল থোকহল্লবা কৌশিং কুংবা-লনবা চাং মাম্লনা হুল্লি। মতম খরগী মতুংদা কৌশিং অদু হৌরক্তুনা কাপমুক হেল্লকপা মতমদা ঈশিং থা-জিল্লগা কৌয়েপ্তুগী হৈন্দনা থমনৈ। অমুম্না নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্তুনা শরেপ 'কারকপা মতমদদি পুংহুলগীদা তৌথিবা যতন অদুগা চপ মান্নলা তৌগনি।

মসিসু শঙমদা কৌবোৎ কুন-মঙায়োমগী চাং কাওবা থোকহনবা ঙমই। হৌজিক্তি মসিগী অচুম্বা লৌপাল অদু পানবা 'ঙমদবদগী থোক্লক্রে।

**অরিংবা :—** অরিংবা লৌপাদ্দি অকুংগা অমসুং অতোঙবা লৌকম থুদিংমক্তা পানবা য়াই। মসিদি মথকী লৌপাল অনি অসিগী মতুং চোঙ্গনা পায়ে। লৌকমদদি পাস্কেল নৈবগুম্বা লৈখোম-লৈনাং তাহল্লগা উকায় নাম্না তঙ্কবা মতুংদা মী তরেং নিপাল চঙ্গহনা মোংমগী মঙ্গুংদা লিংবা লোইখোক্কই। অরিংবা পাম্বীশিং অহুনা ভাংশিল্লম্বদগী মরা তাহুনা হেক শংজিল্লকপদা ফৌরেপ্তুগী হেন্দনা ঈশিং থাজিয়ে। ফৌনা শামেপ কায়ল্লবা মতমদদি পূংহন্দা চঙবা যতন পূম্বা রাত্তনা মসিদস্মু অহুম তৌগনি।

মণিপুরগী লৌকম অয়াম্বদি লৌপাল অসিনা নম্না পায়ে। নিয়ম চুম্না হোৎনবীয়বদি মসিস্মু শঙমদা ফৌবোৎ কুন-মঙায়োম খোকপা ঙমই।

**য়েংগদৌবা :—** লিংননবা অপিকপা ফৌ পাম্বীবু লৌহোল কৌই। লৌহোলগী মরমদা হৌজিক থরদং নৈনসি। লৌহোল হুনগদৌবা ফৌদি মশক নাইনা থম্বা লৌকমদগী খ্বাইদগী থেঙনা লোকপা মরু চঙনা ফৌ শীজিন্নগদৌবনি।

**লৌহোল :—** লৌহোল মথল অনি ওই, মখুদি :— কংলৌ হোল অমসুং চাইজী। তোংলপ তৌবা লবুক-লম্মাং নত্রগা ইখোলদা অকংবা ফৌনা কংলৌহোল হুয়ে। কুংলপ তৌবা ঈশিং রাংলোইদৌবা লৌকমদা পাস্কেল হুনবগী মওংগা মায়না চাইজী লৌহোল হুনবনি।

**ফৌ মতোল থোকহনবা :—** ফৌ মতোল থোকহনবগী থবক অসিদি থোইনা লুবা থবক নত্তে। শংবাইগুম্বা থুম্মোক অমদা ফৌ হাপ্লগা অহিং অমরোমঙ্গশিংদা লুপ্তুনা তীংলগা লৌখত্তুনা মচুম থকহল্লি। মচুম থক্লগা থুম্মোক অদুগী মমায়দা নাপী-শীংনা হাপ্তুনা কুপশিল্লগা উতুপ-রাতুপ খয়া থাঙ্গত্তুনা অশংবা নল্লগা নোংমা-নিনি-রোম অঙ্গংবা মকমদা থমই। মতুংদা কুপ্লিবা অদু হাংদোক্লগা য়েংবদা ময়োল থোক্লমই। মসিবু ফৌ মতোল থোকহনবগী থবক মতৌ কৌই। অসুম্না মতোল থোক্লবা ফৌ অদু চাইজী অমস্তুং পাম্ফেল হুনবৈ।

**রারম থরদং :—** নিয়ম চুম্না মৈতৈ-লৌউ উদবা মরম্না হৌ-জিক্কী মৈতৈ-লৌউদি নীংবা কায়নবগী মশক্লি, শঙম অমদা চাংচত্তা ফৌবোৎ মঙা-তরক্তা মথোক্লে হায়বা য়াই। লৌকমদি থায়নদগী কনম্তু মহেক্সংলবনি, অদুবু ফৌথোক লৈতবগা মীশীং হেক্সংলক-পগনা মরম ওইদুনা ফৌ হোঙহনবা ঙমদ্রে, করি করিগুম্বা মতম-দস্তু অপানবা লৌ শিবা অমস্তুং ঈশিং হেনবা নত্রগা রাৎপনচিংবা থোক্তুনা লৌ পানবা য়াদে। করিগুম্বা চহিদা নোংগী ঈশিং মরাং কায়না কংদুনা ফৌথোক লৈরবস্তু শেঙ্গাও পায়বা অমদি কারবার রালাশিংনা ফৌ মমল হেক্সংহন্দুন য়াম্না প্রজাশিংদা অরাবা পী। মসি থাদোক্লবা প্রজা-সরকার মাপ্পনা হোৎনত্রবদি থক থিংবা ঙমলোই।

মণিপুরদা চহিদা অমুক্তা লৌ পানবা মরম্না লৌ লোকপা মতুংদগীদি মণিপুরগী লৌকম পুম্বা অরেম্বা লম্মাং ওইনা লৈ। হৌজিক্কি মীশিং রামখৎলক্লবনিনা চাথোক হেক্সংনবা মীরৈবাক্তগী নিংথমকৌ চেম্বোক্তুনা নিংথমথাদস্তু লৌ উনবা হোৎনবনা চুম্লে।

কনাগুম্বনা নিংথমকৌ থান্নবগু হরাই-চেংরাই অমস্তুং এনশাং-নাপী খাহুনা চাননবা পোৎ পোথোক হেঙ্গৎহনসি, অদু ওইরবদি অরেম্বা পোথোক্কুনা মীরৈবাক্তা থাদোক্লগা ইরৈবাক্তা শেল পুশিল্লক্কুনা নুংঙাইগনি। মসি ওইবা য়ানবা প্রজা-সরকার অমত্তা ওইনা হোৎনহুনা ঈশিং, হার অমস্তুং থূজু থুৎলাইনচিংবা মচিক চানা ফংনবা হোৎনবা দরকারনি; মহুগা লোয়ননা তুরেল মপাল নীংথায়হুনা ঈশিং চাউহুনা লৌ শিরিবা অসিসু কোন্নবা হোৎনদবা য়াত্রবনি।

**মৈতৈ-লৌউগী অশোয়বা মরমঃ**—নিয়ম চুম্না মৈতৈ-লৌউ পানবা ঙমদবগী মরমশিংগী মনুংদা মথাগীশিং অসিনা মরুনি :—

(১) কুমগী নোংদা য়াত্তুনা নত্রগা হেন্দুনা লৌ পানবা য়াদবা নত্রগা লৌ শিবা।

(২) লৌমীশিংনা লৌথোং অমদি ঈথৈগী ঈশিং ফংদবদগী নোংগী ঈশিং রাৎপা মতমদা অপাম্বা মওংদা ঈশিং পীজিন্নবা ঙমদবা।

(৩) লৌমী অয়াম্বনা লৌপু ওইদবা মরম্না মরৌমক্তি খন্দুনা লৌকম শেমজিনবদা হৈনীংদবা অমদি শেমজিন্দবা অমস্তুং লৌথোং শেম্বদা লৌপুশিংগা লৌতানহুনা লৈবা।

(৪) লৌমীশিংগী অপুনবা মরুপ থমহুনা নীংথিনা লৌ পান্নবা হোৎনদবা অমস্তুং সরকারনস্তু মহু তৌহন্নবা লমজিংবীদবা।

(৫) এগ্রিকলচরেল ডিপার্টমেণ্টনা থৌথাংদা ওইনা মথৌ তৌহুনা অশেংবা পুকচেলনা অরাৎ-অপা পুম্বা করম্না মেনথৎকদগে

হাযদুনা প্রজা-সবকাব পুকচেল তিন্নগা চপ চাবা মথৌ লৌখৎনবা হোৎনদবা।

(৬) নোংগী ঈশিংদা খন্দুনা লৈবনা তুবেল, পাৎ অমসুং গুহাগী ঈশিং শীজিন্ননবা মীবৈবাক্তা তৌনবিবা পাম্বৈশিং শীজিন্নদবা।

(৭) তুরেলগী ঈশিং ঈচাওনা চহি খূদিংগী লৌয়াম হাৎলিবা অসি থিংবা ঙমদবা।

(৮) লৌমীশিংনা লাযবদুনা অরাৎপা মেনখৎনবা শেল তান্নবা থবক অতৈ শূবিঙৈদা নত্রগা থৌশাদদুনা লৌ শূবা য়াবা কুমগী অগানবা নোংদাদগী লৌ খোইবগী থবক পায়খত্তদুনা লৌকম লৈহাও কাবা রাৎহনবা অমসুং মতম লৈরকত্রবা মতমদা হাথু হাথু লৌ পানবা।

(৯) পাম্লিবা লৌকমশিং অদু থায়নগী মৈতৈ লৌমীশিংনা তৌনরম্বা যতন অদুগুম্বা হৌজিক্কী লৌমীশিংনা তৌবা রাৎনরকপা।

(১০) লৌকমদা হার হাপ্পবগী রাখল খন্নরক্কবা অমসুং হাপ্পদবা।

(১১) অয়াম্বা লৌমীশিংনা লায়রবদগী লৌ থুনা লোই-থোক্রবা হোৎনরগা শেল তান্নবা থবক অতৈ তৌনবা।

অসিগুম্বা অশোয়বা মরমশিং অসি ভাব তানদুনা প্রজা সবকাব তানদুনা মেনখৎনবা হোৎনরবদি মৈতৈ লৌউন্ন পৃথিবীদা ফাওরবা জাপান-লৌউগুম্না মমিং চৎকনি ; অদু ওইববদি মণিপুরী-শিংনা চাক্তাঙবগী অরাবা খক নংলোই।

---

# খুঙ্গং অমসুং সহর

খুঙ্গংগী প্রজানা য়াম্বা ভারতনি,
খুঙ্গং চাওখত্তনা ভারত থক চাওখৎলোই।

মীশীং য়াম্নবা ভারত জাতিনি, পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংগী জাতিশিংগী মীশীং য়াম্বদা চীনানা মকোক অমসুং ভারতনা মথংনি। ভারতকী মীশীংদি খুঙ্গংগী মীশীংনা সহরগী মীশীংদগী য়াম্না হেল্লি, খুঙ্গংগী প্রজানা থনবা ভারতনি। অদুনা, ভারত থুনা চাওখৎহনগে হায়ববদি খুঙ্গংগী অমসুং সহরগী প্রজাশিং মহৈগী ( এডুকেসনগী ) গুন্না লৈতেংদুনা জ্ঞানগী মিৎ পাওহন্দবা য়াদে। হায়রিবা জ্ঞানগী মিৎ পাওহনবা অসি মনুংদা অর্থ য়াম্না লৈত্রে, লাইরিক ইবা-পাবা ওম্নগা হেক ওইবা য়াদে। অদুনা, মসিবু ওইহন্নবা অথোইবা পান্থে খরদি :—

(১) মীপুম খুদিং লাইরিক ইবা, পাবা অমসুং অঙ্ক তৌবা হৈগনি।

(২) মহৈগী জ্ঞান কংদুনা অচুম-অরান মশক খঙলগা অকবদা তৌগনি, ফত্তবদি থক তৌরোই।

(৩) প্রজাশিংনা মেচিন অমসুং খুজু-খুৎলাইশিং শীজিন্নদুনা মখল মখা অযাম্বা খুৎ-শা হৈবগী বিদ্যা হৈগনি।

(৪) মীপুম খুদিংনা ধর্ম্ম-অধর্ম্ম মশক খঙদুনা থম্মোইদা পাপকী থবক তৌনীংলোইদবনি অমসুং তৌরোইদবনি।

(৫) পৃথিবীগী চাওখৎপা লৈবাকশিংগী মহৈগী বিদ্যাদি তমশিন্দুনা হৈগনি, অদুগা মখোয়গী কলচর অমসুং কষ্টম (চৎনবী রুহি অমসুং মঙ্গাতিগী শাজৎ) তি খক তম্লোইদৌবনি।

(৬) মশাগীদা নত্তনা সমাজগী মাঙনবগী মশক ওইরবা ঐনা মহেল্লে হায়বা মীবু উশিত্তবা নাপলগী শাজৎ অদু থাদোক্কনি।

(৭) চীম্বাল অমসুং মাইখোংদদি অফ শাজৎ উৎলগা মশাগী কান্নবা ফংনবা হোৎনদুনা মীগী মাঙনবা তৌরোইদৌবনি।

(৮) পুন্সিগী মমল খঙদুনা অরেম্বদা মতম মাঙহন্লোইদৌবনি।

(৯) ময়াই কারবা পোৎ চা-থকপা অমসুং জ্বার শান্নবা খক তৌরোইদৌবনি।

(১০) ফত্তবা মীশিংগা সঙ্গ তৌরোইদৌবনি অদুগা ফত্তবশিং অদুবুসু ফনবা হোৎনবীগনি।

(১১) থবক খুদিংদা মতম নাইনা তৌগনি অমসুং হক-শেলগী নিয়ম পূম্বা খঙদুনা ঙাক্না চৎকনি।

(১২) য়েক্লবশিংবু মাঙনবা খনবা রাখল থাদোক্কনি অদুগা মখোয়না তৌরকপা অমদি তৌরক্কদোবা মাঙনবগী থবক্তি ঙাক-খোকনবা মতম খুদিংদা শেম-শাগনি। অদুগুম্বা য়েক্লবশিংদু ঐখোয়বু চাওখৎনবা থবক-থৌদা য়াকায়হল্লিবা মীনি খনগনি।

(১৩) মতম লৈবখিবিক্তা অরেম্বা পোৎ পামলোইদৌবনি অমসুং মীপাল তাংবা তমলোইদৌবনি।

অসিগুম্বা গুণশিং অসি মহৈগী গুন্না লৈতেংবা মী অমগী মশাদা শোয়দনমক লৈগদৌবনি; নত্রবদি লাইরিক হৈবা বিঃ

এঃ, এমঃ এঃ কয়া লৈদুনস্থু মহৈ হৈবা প্রজাশিং লৈবা চাও-খৎপা লৈবাক কৌবা য়াদে। মরমশিং অসিদগীনি "লাইব্রেরি হৈবা মীপুম খুদিংবু এডুকেসন লৈবা মী কৌবা য়াদে" হায়না পণ্ডিতশিংনা তন্তনা কল্পনা তৌনরিবা।

অদুনা, ভারতকী মীপুম খুদিং মহৈ-মশিং হৈহনবা অসিদি প্রজা পুম্বা বিঃ এঃ, এমঃ এঃ কাওবা লাইব্রেরি তমহন্দুনা মতম শিৎহনগদৌবা নত্তে; চণ্ডদবা য়াদ্রবা মরমশিং অসি মশক খণ্ডদুনা ইনবা গুম্নবা হোৎনবনি। মরম অসিনা লাইব্রেরি তম্বগী মতম হেনগ্রবা ভারত-অহল-লম্মনশিংনা অশং অশংবা মতমদা নিতিগী লাইব্রেরি লাইগু তমশিনবীগনি, কাম্নবা লাব্রিকশিং পাবীদুনা জ্ঞানগী লৌশিং তানশিনবীগনি, গোভর্ণমেণ্টনস্থু এডুকেসনগী (মহৈগী) শো উৎপীদুনা খাইবু শিংহন্নবা হোৎনবীগনি অমস্থুং প্রজাশিংনস্থু হৈনীংবা অমদি চাওখৎনীংবগী ঈথক-ইপোম্না থরায় হকচাং পুম্বা থুমগৎপীগনি।

মতাং অসিদা ভারতকী সহরগী লাইব্রেরি হৈবা মীশিংদা নীংঙমদবগী ইথিলনা থম্মোইদগী পোকলকপা য়ারম খরদং নীংশিংজনীংই। পলেম-পম্মোগী মপান্না মহৈগী মিৎ পাঙলগা খঙ্দবগী অপঙবা মায়খুম্না খুমখিদুনা মিৎ তাঙবগুমথ্রে অমস্থুং না পঙশিনবগুমথ্রে। হস্থদুনা য়েংবীয়ু, মিৎস্না থম্বাল লকাদা করিগী তরংগী লাইজ শীম্বরোই— মীনাই য়োৎহিং থদৎনবগীদমক্তা থরায়-হকচাং বলিদান তৌগ্রবা সহীদশিংবু অমস্থুং নেতাশিংবু নীংশিংবীয়ু, মখোয়না ঐখোয়গীদমক্তা অন্নাবা কন্না নংবীগ্রবনো।

মখোয়না থাবীরম্বা কর্ম্ম ফলগী অকবা রাজভোক চাবগা চৌজিক ঐখোয়না অপগুবা অমসুং পাপকী থবক তৌদুনা ইশাগী ইরাল লগুশিঞ্জরে। নীংতম্বা ভারতকী ইপা বাপুজী মহাত্মাজীবু নোহোনা নীংশিংবীয়ু, মহাত্মা মশাগী নুংঙাইবা পাম্বা মীশক ওইরম্লবদি বৃটিশ শাসনগী মতমদা ভারতকী খ্বাইদগী চাউবা নিংখৌশিংগী মথক্তা লৈদুনা পাল্লমগনি। অদুবু, মীনাই য়োৎহিংনা পুন্সুনা লৈরম্বা ভারত মাতাবু থাদোক্লগা শেৎপা-চাবা নীংথৌদনা পিদোক্লা লৈরম্বা লাইবক থীরবা ভারতবাসীশিংবু নীংতম্বা ফংহল্লবগীদমক নত্তরা মহাত্মা অক্লাবা কোক্সায় খাঙবীখিবা? সমাজগী মনুংদা পিদোক্লা লৈরবা লায়রবা মীশিং, হুদুনা য়েংবিরবা কাঙলুপ অমসুং চাওখৎপা রাৎলবা খুঙ্গংগী মীশিংগী মরক্তা মহাত্মা লৈনীংবীরম্বা করিগীনো? সমাজমা মখোয়বু ফগৎনবা হোৎনবীরক্লবগীদমক্তা নত্তবা? মসি ইখঙ থঙবীদবদি নত্তে, থঙনা থঙনা মশাগী নুংঙাইনবদা থনখিদনা ভারতকী সহরগী প্রজাশিংনা কত্তবা করামুক তৌরিবা অসি থম্মোই কায়নবগী মশক্নি।

(লাই অসিদা ফেংসি — পাখং অসিনা বি: এ: পাস তৌরবা মতমদা মমা-মপা অনিনা লাইরিক হৈতদুনা মহৈগী জ্ঞান কংদবা অদুদা নুংঙাইত্রদুনা মমা-মপাবু নৌনা লাইরিক তম্বীরি। অদুম্না নোংমা নোংমগী অমুক অমুক্তং অশংবা মতমদা লাইরিক তম্বীদুনা চহি অমগী মনুংদা ইবা-পাবা ওমদুনা জ্ঞানগী লাইরিকশিং পাহল্লগা পুন্সিগী মমৈ অসিদা চাওখৎহনগে হায়না মচা অসিনা খল্লি। মদুনা মশা অমসুং সমাজ চাওখত্নুনা

মরৈবাক-মজাতি চাওখৎকনি হায়না মহাক্না খল্লি। মহাকী য়াখল অসি চুমই।)



মহৈ তমখৌত্রবা অহলশিংস্থু অস্তম্না অশংবা মতমদা নিতিগী লাইরিক তমখৎসি।

চাওখৎপা জাতিগী মতৌ চাওখত্তবা জাতিনা তম্বগুম সহরগী-প্রজাশিংগী মতৌ তমই থুঙ্গংগী প্রজাশিংনা। সহর-প্রজাশিংনা নত্ত-হীরমদা হৈনথিবা মরমনা ফিদম্লিবা কাওবুস্থু ককওাওমিন্নদুনা তাহল্লি জাতিগী ময়েৎ। অদুনা য়ারকত্রে থৌজিক সহরগী প্রজাশিংস্থু ট্রেইনিং পীদবা।

খন্দুনা য়েংসি, ইরৈবাক-ইজাতি চাওখৎনবগী থবক কয়ামুক তৌনবগীদমক নেতাশিংনা তাঃদুনা এনাকখুনবা লৈবাকশিংদগী

ভারতনা হৌজিক শেল পূরি। পূরিবা শেলশিং অসি ঐখোয়না শোয়দনা শেন্দোয়-শেল্লেপ পুম্না শিংগদৌবনি। অসুম্না পীদোম্না লৈরবা লায়রবা ঐখোয় ভারত-জাতিনা ইহৈ-ইশিং খরদং হৈজবা সহরগী প্রজাশিং ওইরগা করিগী রাখল অহুক লৈবিদকম থোকপগে? করিগী হরাও-তয়ামদা পুক্লিং অহুক লুপ্তুনা পুন্সি লেনবীবিবগে? করিগী নত্ত লমচৎতা হৈনহুনা ইজাতিগী ময়েং তানবা শীনকম থোকপগে? ঐখোয়গী ইতৌ তমহুনা খুঙ্গংগী প্রজাশিংসু কক-ঙাওনরে, কত্তবশিংবু অকবা ওইরবোই নীংহুনা লোইনা তম্নরক্লে। অহুনা হৌজিক ভারতনা নোংমা নোংমগী অসুম অরাৎ-অপানা নংথরক্লি, হৌজিক খরা নুংঙাই য়াইকহুনা শেল-থুম খরা কোম্নরিবা অসিদি মীরৈবাক্তগী পূরুবা শেলশিং চাইবননি। হয়েং শিংলমদাইদা লৈতহুনা কোক্তা খুৎ হাপ্তুনা কোয়চেল চেল্লবা মতমদা ঐখোয়বু কনানসু নুংশিবীরোই, ঈশ্বরনসু রাবৌবিহুনা চানবীরক্লোই।

খুঙ্গংগী ইচীল-ঈনাওশিংসু ভাব তাবীমন্দে, লাইরিক হৈহৌ-ত্রবা অহল-লম্মনশিংসু অশং অশংবা মতমদা নিতিগী লাইরিক লাইশু তমখৎসি, কত্তবা মীতৌ তম্বা খাদোক্তুনা জাতিগী ময়েং তানবা শীনবীরনু। কত্তবা খাদোক্তুনা অকৎদা মতৌসি, মহুনা জগৎকীসু য়াইকগনি।

ভারত চাওখৎনবগীদমক ভারতকী ওফিস শঙ পুম্বগী কর্ম্মচারীশিং ট্রেইনিং পীখৎনখ্রে, প্রজাশিংবুসু মখল মখা অরাম্বা ট্রেইনিং পীখৎনরক্লি। হৌজিক ট্রেইনিং পীরিবা অসিদি হৌজিকী রায়েল-শাসনগা মরী লৈনবা সংস্থান্দা ওইনা তৌরি। অসিগুম্বা

সংস্থানশিং অসিনা পুরা লোইরবা কান্দা সহরগী প্রজাশিংস্থ মতিকচাবা নীংতম্বা প্রজাশিং ওইনবা ট্রেইনিং পীরকখিনি, মদুগা লোয়ননা খুঙ্গংগী প্রজাশিংস্থ শোয়দনা তৌরকখিগনি। মসি ঙাইদুনা লৈথোক্লনা পুন্সি মাঙহনগুমসি, অদুনা ইশানা ভাব´ তানা হৌজিক্কী ফত্তবশিং অসি থাদোক্লবা হোৎনরসি।

খ্বাইনা নীংশিংবীগদোবা মরম অমদি— সহরগী প্রজাশিংনা চাউথোকপা অমস্থুং নাপল কাবা মীশকশিং ওইদুনা খুঙ্গংগী প্রজাশিংবু হস্থবা মীৎয়েংনা য়েংবা রাখলস্থু থাদোকপীগনি হায়না আশা তৌজে।

হরাও-তয়াম খোয়দাবা থাদোক্লনা
চাওখৎ থোরমদা খোয়দারবা মতমদদা
চাওখৎকনি শোয়দনা প্রজা-সরকার।

---

# সমাজ করিনো

সমাজ শেমগৎপগী মচাক ফরগদা
ঙমই চাওখৎপা সমাজ ওইহনবা,
অদুনা ফহনসি মচাকশিংদু চাওখৎনবা।

হৌজিকী নীংতম্বা প্রজাশা! সমাজ করিনো খঙবীরবরা? খ্বাইনা তত্তনা হায়নবা তায়, "মীয়াম্বু পুল্লপকী অর্থদা সমাজ

কৌই।" মহৈ হৈবা পণ্ডিতশিংনদি মন্থ য়ানভ্রি সমাজনি হায়বা, মখোযনা হায়বি, "মীয়াম অহুনা হূরানবা, নেশা চা-থকপা অমস্তুং মীহাৎপনচিংবা ওইরবদি সমাজ কৌদে। মখোয় অহুদি শুন্দা কাণ্ডবু, হূবানবা খুৎপু অমস্তুং মীহাৎপা কাণ্ডলূপ কৌই। সমাজ হায়বদি ফত্তবা থক থন্দ্রবা অমদি তৌদ্রবা চাওখৎপা পাম্বা মীয়ামগী অম্পুপ্পা মমিংনি।" মরম অহুনা নখোয়-ঐখোয়না সমাজগী মন্নুংচনবা মীশক ওইনীংলবদি নশা-ইশাসি অকবা ওইদবা য়াদ্রবনি।

রাখল অমবোমদনা— মীপূম খূদিংমক চপ মান্নবা কান্নবা অমস্তুং চাওখৎপা কংমিন্নবগীদমক পুকচেল অমত্তা ওইবা রাখল থন্দুনা মখোদাং চপ মান্নবা পাণ্ডথোক্লবা হোৎনরিবা মীয়াম কাণ্ড-লূপ অদুবু সমাজ কৌই। মীশীং কয়ামুক রাখল মান্ননা লৈমিন্নহুনা থবক তৌরিবা মী কাণ্ডলূপ অহু ম'সনি। মসিদি মিরাংনা অমগা অমগা শন্নহুনা মশা অমত্তা ওইহনবা অহুগুম্বনি, মখল মখা অয়াম্বা পাঙ্গল-শক্তি অমস্তুং মচাকশিংনা মসিবু শেমই। মরম অহুনা সমাজ অমগী মন্নুংদা ময়ামগী ওইবা রাখল থমগনি, অমগা অমগা য়ানবা পুক্নিং চেনগনি অমস্তুং অমত্তা ওইবগী মশা-হকচাংনি থন্নগনি।

সমাজ হায়বা অসিদি মীওইবনা শেম্বনি, মসিদি মীওইবনা শেমগৎপা অকবা থবক তৌগদৌবা কাণ্ডলূপ অমমি। মসিদি করি করিগুম্বা মতমদা মশীং লাকঙমদ্রবা মীয়াম ওইরনা মখল মখা অয়াম্বা কাণ্ডলূপশিং য়াওই; অদুবু অমত্তা ওইবগী রাখলদি

চেল্লি। অদুনা, মখল মখা অয়াম্বা মওংদা শীংথারগস্থু কিদমদি অমত্তা ওইবগী কল্পনানি।

**সমাজগী মচাকশিং :**—সমাজ শেমগং-শাগংনবগী মচাকশিংদদি য়ামথ্রে। মখোয়শিং অদুদি :—

(১) মকম অমস্তুং লমদমগী সিমানা (ভমথৈ), তুরেলশিং, সমুদ্রশিং, মরুভূমিশিং, চীংশিং অমস্তুং লৈতেম মান্নবা লমদয়চিংবা মহৌশা লাইরেম্বীগী মখুৎশেম ওইরবা অকোয়বদা লৈরিবশিং অসিস্তু সমাজ শেমগৎ-শাগৎপগী মচাক ওই। মখোয় অদুদগী কান্নবা ফংননবগী থবক তৌবা শক্তিদি মীওইবনা শেমই অমস্তুং হোৎনবগী শক্তিনা মীওইবনা মখোয়দগী চাওখৎপা অমস্তুং হিংনবগী মচাক কয়ামুক ফংবা ভমই।

(২) খোংদগী খোকপা সনা-লুপানচিংবা ধাতুশিং, ঈশিং-নুংশিংকী অক-কত্ত, লৈবাক লৈহাও চেনবা-চেন্দবা অমস্তুং লৈরিবা শা-ভানচিংবশিংনস্থু সমাজ শেমগৎ-শাগৎপগী মচাক ওই।

(৩) চহ্খোক-চৎশিনগী লম্বী-খোং খুদোং চাবনস্থু সমাজ শেমগৎপদা য়াম্না মতেং পাংই।

(৪) ঈমুং-মনুংগী য়ুম্বাল-কৈবালগী হৈনবী অমস্তুং চৎনবী লোনচং-শাজংনস্থু সমাজ শেমগৎ শাগৎলি।

(৫) স্কুলনা সমাজ শেমগৎনবগী মচাক পীনবা অচৌবা থৌদাং লৌই।

(৬) জাতিগী ধর্ম অমস্তুং চৎনবী রুহিনস্থু সমাজবু য়াম্না শেমগৎ-শাগৎপগী খোনা পীবা ভমই।

(৭) লৈরিবা মীয়ামগী সমাজনা মচাক পূম্নমক অসিবু নীংথিনা থোকহন্নবা অমসুং শীজিন্নবা শক্তি লৈবনা খ্বাইদগী মরু ওইবা থৌবুনি হায়না কল্লনা তৌনৈ।

মথক্তা ইথ্রিবা মখলগী অহানবা অমসুং অনিশুবা কাঙ-লূপকী মচাকশিং অসিদি লমদম লমদমগী খেন্নবনা ভূগলিক অবস্থাগী মতূং ইল্লি হায়না কল্লনা তৌনৈ, অহুনা কুপথনা নৈ-নহুনা মতম থোইনা চঙহল্লগুনসি। অহুম্নদি ওইরবদা লৈবাক লৈহাও চেলহনবা অমসুং শা-ঙাগী মরম্নচিংবা হীরম খরদি মীওইবগী হোৎনবা শক্তিগী পান্নম্না খরা মখেদি কগৎহন্দুনা সমাজগী চাও-খৎপদা তেংবাংবা ভমহল্লি।

অহুমশুবদা, মীওইবগী হোৎনবা শক্তিনা নীংথিনা শেমগৎলবা চথোক-চৎশিনগী লম্বী খোংনা সমাজগী চাওখৎপদা য়াম্না মতেং



সমাজ চাওখৎনবা লম্বী-খোং শেম্লি

পীবা ওমই। মরম অতনা ঐখোয়না মখল মখা অয়াম্বা পাম্বৈনা লম্বী-খোং কহনগদৌবনি।

মরিশুবদা, ঈমুং-মনুংগী রাকম অসিদি ঐখোয়না মুম্না নৈনবা দরকার ওই, মরমদি— সমাজগী মরু ওইবা অকবা মীশকশিং খোকহনবদি মসিননি। পিক্লিবা অঙাংশিংগী মশাদা ঈশ্বরনা পীরকপা জ্ঞান-শক্তি পূম্বা মথং মথং চাওখৎলকপগী অক-কন্ত পূম্বা ঈমুং-মনুংগী লোনচৎ-শাজৎকী মতুং ঈল্লি। য়ুমগী অহল-লম্মনশিংগী রাখল অমম্মুং শাজৎশিং, লৈবগী মওং-মতৌ অমম্মুং থবক নোম্বগী অক-কন্তনা হৌবক্লিবা মচাশিংবু মচু শংই। অদুনা মখোয়না চাউরক্লবা মতমদা সমাজগী মীশিংগা তিন্নবগী লোনচৎ-শাজৎ, মীওইবগী পুন্সি অমম্মুং সমাজদা মখোয়না পাওখোক্লগদৌবা অক-কন্ত পূম্বা ময়ুম ময়ুমদগী অদুম লোয়নরক্লে। মদুগী খূদমদি:—হৌশ্রবা থায়নগী ভারত-সমাজদা মরুপ-মপাংগী রাখল খনবা অমম্মুং মীওইবগী সেবা তৌবনা পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্না রাংবা উদ্দেশ্য অমম্মুং আশা ওইরম্মী। অদুগুম্বা মতম অদুদা ভারতকী ঈমুং মনুংগী পুন্সিনা হীরম অসিদা হেন্না মতিক চাবা অমম্মুং অকবা ওইরম্মী। মসিগী মরমদা শাগৈ-নাতৈ পুনশিনবগী নিয়ম শীংথাবা অমসুং খন্নবদা মতিক চায়। শাগৈ-নাতৈ অমত্তা ওইবা ঈমুং-মনুংগী মীশিংনা পুন্না শান্তি ওইনা পাল্লম্মী। মখোয়না অরা-অনা কয়া খাঙমিন্নদুনা মথরায়-হকচাং কাওবা বলিদান কখোক্লুনা শাগৈ-নাতৈ-সমাজদুগী কননবা হোৎনরম্মী। মরম অদুনা ভারতকী কলচরদি অমগা অমগা পুন্না থবক তৌমিন্নবগী

ভাব লৈবা অমস্তুং মীওইবগী মক্ষমদা থৌজাল হৈবা উৎপা শক্তম ওইরম্মী।

অদুবু, হৌজিক অসিদদি ঐখোয়গী সমাজনা নোংচুপলোমগী সভ্যতা চুশিল্লকপগা লোয়ননা ঐখোয় পূম্বা ইশা ইশাগীদা খল্লবা রাখল চেনবা অমস্তুং অরাবা খাঙবা ৬মদবা ওইশিল্লক্রে। শেল-থুমগী অরাৎপা ফিভমনা হোংলক্লিবা অসিগী মরুনি হাযবা চিংনবা লৈতনা হায়বা য়াই, তৌইগুম্বস্তুং অতোপ অতোপ্পা মবম শংস্থু য়াম্না লৈ। অদুবু, ভাবতকী সভ্যতাবু জয তৌ খবগী ফলনা মথং মথং ওইনা হোংলকলিব। ফিভমদা মীবৈবাক্কী থৌইনশিন্না ঐখোয়গী হান্না লৈরম্বা চৎনবী পূম্বা লোইনা থাদোকখ্রে। মতিক চাবা সভ্যতা শেমগৎনবগীদমক খন্নরবদি মচাক কয়ামুক মচা তানা উবা ফংগনি। মদুদি :—

(১) মখল মখা অয়াম্বা মচাকশিং :— শেলথুম (economic), থবক শিনশূ, এডুকেসন, লোন্স, অবৈবা মীশিং, যুমলৈ-কৈবৈগী মখল অমাদি মওং অমস্তুং চাদিং তৌথোকপগী হৈনবী।

(২) হিংতুনা লৈবগী শাজৎ :— ফিজেৎ চাকচা, হকচাংগী হৈনবী অমদি হকচাং ফনা থম্নবগী পাম্বৈ, লুহোঙ কৈহোঙবা অমস্তুং নুপী নিপাগী খেন্নবগী শজেৎ, অঙাংশিংবু য়োকখৎপগী হৈ-শিংবা অমস্তুং য়ুমগী পুন্সিগী নমুনা।

(৩) অহাঙবা মতম লেনবগী শিনফমশিং :— লাইরিক পাবা, রেডিও অমস্তুং টেলিভিসনগী প্রোগ্রামশিং, শান্নবা, পীজ-পীথক অমস্তুং পূং-ঈশৈ।

(৪) থাজবা অমসুং মমল লেপ্পগী চৎনবী মওং :—ধর্ম্মবু থাজবা, রায়েল-শাসনগী মিৎয়েং, পুক্নিং চাওখৎপগী মতৌ অমসুং থাক, সমাজগী পামুবী অমসুং পুন্সিগী উদ্দেশ্য অসিনচিংবা অসিনি।

ঈমুং-মনুং অসিদি য়ুম অমগী মীকোক থূদিংবু অক-কন্ন খোকহল্লিবা কাঙলুপ মচা অমনি। ঈমুং-মনুংনা সমাজদা য়াম্না কান্নবা মচাক্কী শরুক অমা ওই; মরমদি—অঙাংগী অক-কন্ন অমসুং চাওখৎপা পুম্বা মসিগী খোঁনীল অমসুং চাউবদা মতেং লৌই। হৌজিক্কী হেংলক্লিবা সমাজগা লোয়নননা ভাবতকী ঈমুং-মনুংগী পুন্সিমু হেংলক্লি। মী অমগা অমগা লোয়নরিবা লমচৎ-শাজৎ অমসুং রাখল, ঈমুং অমগী মনুংদা মবুক খোক্লা য়ানরিবা অমসুং মখোদাং পাঙথোক্লরিবশিং অদু থায়নগীগা হৌজিক্কীগা মান্নদ্রে।

ঈমুং-মনুংগী নমুনা অসি মকম থূদিংগী হোংই অমসুং সমাজগী কষ্টমস, ষ্টেণ্ডর অমসুং রাখল, থায়নদগী চৎনরকপা রুহি অমসুং কলচরদা মতেং লৌই। জাতি থূদিংগী মীশিংগী মরক্তা মীওইবগী দরকার ওইবা পূম্বা থুংহনবাদ ঈমুং-মনুংনি।

ঈমুং-মনুংগী পাঙথোকপা থবকশিং :—

ওগবরন ( Ogburn ) না শীংথাবা ঈমুং মনুংগী থবক-খোরমশিংদ :—(১) নুংশিবা, (২) শেল-থুম ( economic ), (৩) মহৈ-মশিং ( education ), (৪) পুক্নিং তেকখৎনবগীদমক অহাঙবা মতম শীজিন্নবগী থবক, (৫) ধর্ম্মগী খোরমশিং, অসিনি।

বেকর (Becker) নস্থ ঈমুং-মনুংগী থবক-থোরমশিংবু অস্থম্না কল্লনা তৌই :—(১) মীশীং হেক্সৎহনবা, (২) অঙাংশিংবু ঙাক-শেনবা অমস্থুং য়োক-থাকপা, (৩) অঙাংশিংবু মহৈ-মশিং তম্বীবা অমস্থুং লৈবাকমচা তাহনবা, (৪) পুক্নিং তেকথৎনবা অহাঙবা মতম শীজিন্নবগী থবক, (৫) নুংশিহৈবগী থবক। অসিনচিংবা।

মথক্তা উৎলিবা থোরম-কোল্লুপ অনি অসিদগী তশেংনা খঙবা ঙমই; মত্তুদি :—অঙাংশিংগী এডুকেসন পীবা অমস্থুং পুন্সিদা ঈমুং-মনুংনা য়াম্না হেন্না নকুবা অমস্থ° মরু ওইবা থৌদাং লৌই। অদুনা, ঈমুং-মনুংনা অঙাং অমগী মক্মদা সমাজগা চাননবা অক্ববা মওংদা শেমগৎ-শাগৎপদা থৌশাদবা অসিদি য়াম্না চাউবা দোষ'ন। হৌজিক্কী সমাজদা ভাবতকী ঈমুং-মনুংগী পুন্সিদা পুক-চেল শেংবা অমস্থুং পুকচেল খোয়জেল তিম্নবা অসি মাঙশিল্লকলি। মসি শেল-থুমগী মরম্না অয়াম্বা খোকহল্লি ; তৌইগুম্বস্থুং অতোপ্পা মরমশিংদি :—(১) লুহোঙবগী চহি লেপ্তবা অমস্থুং শেল চঙবা, (২) ঈমুং-মনুংগী মীশিংগী মরক্তা মোত (মত) খেন্নবা, (৩) নুপী-শিংগী থবক, (৪) অমস্তুগী শুপনম ওইবদা খ্বাইনা য়ানবা অমস্থুং পুক্নিং থৌগৎপা।

ঈমুং মকায় মকায় তৌনবা, নুপী-নিপা খাইনবা অমস্থুং অমগা অমগা খাইবুং খাইবুং তৌবা থোকহনবা মওংশিং হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা হেক্সৎলক্লি। মসিনা অচৌবা মরম অমা ওইদুনা অঙাংগী চাওখৎপদা মপুং ফাবা ঙমহন্দে, খাঙবা কনবা অমস্থুং খ্বাইগীদমক কখোকপা রাখল-শক্তি ঈরাৎ রাৎলক্লে।

অদুনা, ঈমুংগী থবক খোঁদাদা য়াম্না লূবা অমস্তুং শীংথাবা য়াবা ওইগ্রে। অসিগুম্বা ঈমুং-মনুংগী শক্তিনা তুংইন্দুনা অডাং অমনা মহৈ তম্নবা স্কুলদা চঙই, মরম অদুদগী শোয়রবা অডাং অদুগী কহন্নবা হোৎনবা মরমশিং দরকার লৈরিবনি। অদুগুম্বা অডাং অদুনা মশাগী শক্তি অমস্তুং লোশিং চাওখৎনবা হোৎনবা ওম-জদে। ছাত্র অমস্তুং নহারোলশিংবু থবক-থৌরমশিংদা শোখহনবা অমস্তুং মথৌ লৈথোক্কনা কন্তবা লমচৎ-শাজৎশিং চৎহন্নবগী অকনবা থৌদাং লৌহল্লিবা অসি মরম অসিননি। অদুনা :—

**থোকহল্লি সমাজগী অফ-ফত্ত মীওই ঈমুং-মনুংনা,**
**হোৎনসি ঈমুং-মনুং ফজুনা সমাজ চাওখৎনবা নীংথিনা,**
**সমাজগী অপিকপা শকলোন্নি মসি থাঙ্গৈশেংনা।**

স্কুল :— মীওইবা সমাজগী মীপুম খুদিংদা এডুকেসন (মহৈ-মশিং) চঙই, স্কুলনা মদু পাঙথোক্লবগী অকনবা থৌদাং লৌই। ইপা-ইপুগী কলচরবু মীথাঙ অমদগী মীথাঙ অমদা মথং মথং হৌজিক কাওবা চখহল্লক্লিবা অসি স্কুলননি। মরম অসিনা সমাজ শেমগৎ-শাগৎনবা অকবা শঙ ওইবদা স্কুলনা অচৌবা থৌদাং লৌই। মতিক চাবা নীংতম্বা প্রজাশিং শেমগৎপদা সমাজ অমস্তুং স্কুলনা মোত (মত) তিন্নবা খুৎশন্নবা চৎমিন্নৈ। এডুকেসনদা নীংতম্বনা আশা অমস্তুং অকবা উইলগী থৌনা হাপকৎলি; অমস্তুং মীওইবগী কংকম থোকপা দরকার ওইবা অপুম্বা চপ মান্নবা কংমিন্নবদা য়ানৈ; তৌইগুম্বস্তুং ভাবশিং অসি কংলবা কাওবদা থবক ওইনা পাঙথোকপদি য়াম্না লুই। অসিগুম্বা

পেন্নদবা অমস্তুং য়ানদবা ফত্তবশিং অসি কোক্কবা থ্বাইদগী হেন্না নীংথিনা হোৎনববস্তু ঐখোয়গী লৈবাক্তা মফম থূদিংদা নীংবা কায়বগী দৃশ্য থন্না লৈ। হৌজিক ফাওবা পুন্সিগী মতম অমস্তুং মশাগী শাক্ত পূম্বা লোইনা শীজিন্নখোক্তুনা এডুকেসন ফংনবা হোৎনবিবা অসি অরেম্বদা অকে-অমো শঙ্গুম্না লৌর। থোইদোক্লস্তু ঐখোয়গী স্কুলশিংগী ফভমাশংদ অপাম্বনা অরাবা অমদি দোষ পোক্লীংঙাইগী মশক্লি।

অদুগা, ভারতকী হৌজিক্কী অযাম্বা স্কুলশংদ পাংবে টটচব কো-ওপেরেশন (মমা-মপা অমস্তং ওজান ...না ছাত্র-শিংগী ফনবা তৌবা মরূপ) লৈ... স্কুলশংদা মসি লৈরবস্তু মতৌ মাম্লনবদা হৌশন্নতুনা চপ চ... মখো ...দনা লৈ। অভাংশংদা পুক্লিং-হকচাং তেকখৎনবা পবক অমস্তুং এডুকেসনগী (মতৌগী) জ্ঞান পোকহনবা ৎবাও ৎয়াম (amusement) পীনবা মরমশিংস্তু লৈতে।

মরমশিং অসিদগী ঐখোয়গী এডুকেসনগী থোরাংনা অঙাংশিংবু নুংঙাইবা পীবা অমস্তুং শেমগৎ-শাগৎপীবদা মায় পাক্তনা লোরবনি। অদুনা, নুংঙাইবা অমস্তুং নীংথৌবা হায়বা রাতৈ অনি অাস মমিংদা তাবা মঙাররে। মরু ওইনা সহরগী স্কুলশিংদদি অঙাং য়াম্নখিবনা স্বর হোৎবা মফম ফাওবা অঙাংশিং অমস্তুং ওজাশিংদা লৈজদে। স্কুল-শঙ ফত্তবা, ফরনিচর রাৎপা অমস্তুং অতৈ অতোপ্পা অয়াৎপা কয়ামুক্তা ওজা-ছাত্রশিংগী মফমদা

অকায়বা কয়ামুক পীবদগী মতিক চাবা এডুকেসন পীবগী মতুংদা কত্তনবা মরম কয়ামুক লোকতল্লে।



মীওইবা সমাজদা এডুকেসন (লৈচৈংশি) চঙই,
স্কুলনা মতু পাংখোক্লবগী অচোবা থৌদাং লৌই।
অদুনা, সমাজ চাওখৎনবা অফবা স্কুল ওইনবা তাই।

অসিগুম্বা অশোয়বা মরম কয়ামুক আসনা ঐখোয়গী হোৎজিক্কী সমাজ অসিগী চাওখৎনব মরম কয়ামুক্তা পন্থুং পীরিবনি। অদুনা, অশোয়বশিং অাস কোক্লবা প্রজা-সরকার থুংশম্লনা মোত (মত) মাপ্পনা হোৎনরবদি শোয়দনা থুনা কগৎকান।

তরুকগুবদা, জাতিগী ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী ক্লাহনসু সমাজগী অক কত্ত শেমগৎ-শাগৎপদা অকনবা থৌদাং লৌং। ঐখোয়গী

লৈবাক্কী নহারোলশিংনা নোংচুপলোমগী লোয়া শিক্ষাগী মপুং ওইবা লোল ওইনা তম্বা অসিদা নোংচুপলোমগী চাওখৎপা মহৈগী জ্ঞানদি লৌশিনরে ; মখোয়না ইজাতিগী চৎনবী রুহিবু নমথরগা নোংচুপলোমগী রুহি পুশিল্লকই অমসুং জাতিগী ধর্ম্মবু থোশানরকত্রে। মসিনা অচৌবা মরম অমা ওইদুনা পুকচেল শেংবা অমসুং মথৌ নীংথিনা পাঙথোকপা সমাজ ওইবদা পম্থিং পীরিবনি। মসি ভাব তাদুনা হৌজিক্কী নহারোল সমাজনা ফত্তবশিং অসি থুনা থাদোকপা তাই।

তরেৎশুবদা, লৈরিবা মীয়াম্বা সমাজ শেমগৎনবগী মচাক পূম্নমক অসি ফগৎহন্দুনা মতিক চাবা অকবা সমাজ শেমগৎপদা থৌদাং পূম্বা লৌই। মীয়াম্নবু মতিক চাত্রবদি মচাকশিং অদু অরেম্বদা শোয়দনা তাহল্লি। মরম অসিনা ভারতকী কোনাকাচিনগী মীশিং ফাওবা অমত্ত' চিত্তদনা চাওখৎপা অমসুং মহৈগী মমিৎ পাঙবা ভারত-বাসীশিং ওইদবা য়াদে। অদুনা, মহাঅহল খাক্তনা মণিপুরী জাতি পূম্বা নীংতম্বা ভারতকী মতিক চাবা প্রজাশিং ওইবা ঙম্নবা মহৈ-মশিং হৈনবা তমখৎপা দরকার ওই। মণিপুরী পূম্বা অয়াম্বনা মসি ভাবতি তানরননি, অদুবু থবক ওইনা পায়খত্তবনা খঙলবসু খঙদবা শীংদা কন্নবা তৌবদা অকায়বা করিসু থোইনা লৈখিদ্রে।

ইরৈবাক-ইজাতি চাওখৎহনবদি
সমাজ ঐথোয়গী ইথৌদাংনি,
অদুনা সমাজ চাওখৎসি।

# লায়রবা অময়সুং এনাকখুনবা

## খেন্নে য়াম্না লায়র-এনাকখুনবা মীওইবা সমাজদা অদুননি হৌজিক্কী সমাজদা ফত্ত কোঙ্গাই থোক্লিবা।

মীওইবগী মপোক অসিদি অমগা অমগা মতেং পাংনজ্রবদি হিংহুনা লৈবা রাই অমসুং ঙমদে। মরমদি :—মী অমগী মক্ষমদা য়াম্না লৈবা পোংশক অহু অতোপ্পা। অমগী মক্ষমদদি লৈতহুনা নংই। অসুম্না মীওইবগী হিংনবা পোংচঙ পূম্বা তোপ্পা তোপ্পা লৈনৈ, মখোয় অহু শেলনা লৈথোক-লৈশিল তৌনহুনা নজ্রগা পোংকা পোংকা শিন্নহুনা ফংনবদগী মীওইবনা হৌজিক অরাং-অপা লৈতনা নুংঙাইনা পানবা ঙম্লবনি। অহুনা দেশ অমগা অমগা মরী থম্নহুনা অবৈ-লৈত লোইনা ফংনবা ঙম্লি। অসিগুম্বা মীওইবগী মপোক্কা লায়ববগা এনাকখুনবগা অমগা অমগা তেংবাংনহুনা লৈবা চুমই।

মীওইবগী মপোক্কা লায়ববগা এনাকখুনবগা অনি অসি য়াম্না খেন্নে। এনাকখুনবশিংনা ফূবা-দলালদা লৈহুনা সনা-লূপাগী মথক্কা নেত্তুনা নুংঙাইনা পাল্লি, অদুগা লায়রবশিংনা শেগায়রবা নোং য়ুবা য়ুমদা লৈহুনা চাবা মবুক থন্দনা কপ্তুনা রানা রানা মপুন্সি লেল্লি। অহুনা, “মীওইবগী মপোক্কা লায়রনা পোক্কদগী শরুক্তি পোক্কবনা হেন্না কৈ” হায়না তত্তনা কলপ্পা তৌনবিবনি। রাকম অসিদা কনাগুম্বনা “মতল তন্দুনা থবক শুজ্রগা, রাজসিংহু

লায়রবশিং" হায়না চৈনবম্মুময়াওই। মসি অতৈ কনানম্মু নত্তে, মপোকভৈদগী লায়রবগী প্রতাপ কংল্লিবা মীশিংনা হায়নবনি।

খন্দুনা য়েংসি— চায়াম পোকপা লায়রবা লৌউবা নিপা অমনা মীগী শল অমম্তুং লৌ শান্দুনা রানা লৌ পাল্লি। লৌ অতু পাল্লিভৈদা চাদবদি য়াদবনিনা মীগী মরল পুন্থনা মচাশিং থান্নগা রানা লৌ পাঙ্খিবনি। মহাক্না লৌ লোকপা হেক লোইবগা শনশাল, লৌশাল অমম্তুং মখোইগা কোন্নবা অপুবশিং অতু শিংদোকখিবদা মখোয়গী চাননবা ইরৈ লৈহৌদে ; অরাংপশিং অতুদি মেনখত্তবা য়াদবনিনা অরাবা চিন্তানা লাঙ্গোই চন্দুনা মখল মখা অয়াম্বা থবক শুন্থনা পোত্থাবা কংজদে। অম্মুম্না মহাক নোংমা নোংমগী অনংবগী মৈনা ইন্দ্রি কংথুনা রাবগা মচাশিং থাকপা ওম্নবা অহিং-নুংখিল অনিদা তুম্বা-চাবা মচেৎ ওইনা নোম্বগা, অরাংপা মৈচাক ময়াম্না তিন্দুনা মপুন্সি মশ্লেং তাহল্লি। অতুগুম্বা লায়রবগী মৈচাক কংলবা লৌমী অমগী ঈমুংদা করি করিগুম্বদা অশি-অনাগী মৈচাক কংথুনা খোইনা চেন্না অমুক অরাবা ঈপাক্তা তাহল্লি। অতুদদি রারবশিং অথুনা ভাব-মেন তাক্তদ্রথুনা "লায়রবদা লাই চংলে, অকুৎবদা লৈতোবা অতোওবদা লৈথোনবা হায়'থুনি" হায়থুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মথন্তুগী মরাইবক্তা থুথুম্না শুথুনা অনুতাপ তৌই। অসিগুম্বা লায়ববগী মৈচাক খঙদবদগী এনাকথুনবশিংনা লায়রববু খক নুংশিবিদে। অম্মুম্না ওসি ঐখোয়গী ভারত সমাজদা লায়রবগা এনাকথুনবগা খেন্নবা লৈরি, মসি খল্লুবদা অরাবগী মশক্লি।

মরম অসিদগীনি ওসি ঐখোয়গী ভারত জাতিনা নীংতম্বা ফংবা চহি তরানিপাল শুরক্লবা কাওবা চাওখৎপা ওমদতুনা লৈবিবা। মসি খল্লুবদা ঈকাইনীংঙাইনি।

হে এনাকখুনবা ভারত-বাসী ইচীল-ইনাওশা! নরলনা নরল পোক্লুনা, মিহৌ-কাবাম্বগী কু-নীতি শাম্নতুনা, লায়রবগী ঈ চুপ্লুনা মুংঙাইনা পাম্নবা ভাবকী দলাল মখোল শাগৎপীগন্নু। মতু তৌহৈদে, ঈশ্বরনসু শাউগনি। নখোয়গী রাখল-শাক্লং অতু হন্দ্রবদি লায়রবা ভারত-সমাজনা নখোয়বু নকম তাহল্লকনি, মালেমদা নখোযগী চংক্লকম লৈবক্লোই। হৌখ্রবা খোখোক কয়াগী ইতিহাস নীংশিংউ— পৃথিবী জয় তৌবম্বা ইংরেজী জাতি লৈখা তাবক্লে, কল্লবা নিংথৌ অমসুং নিংথৌরেলশিংনা প্রজাশিংবু ওৎ-নৈতুনা পাল্লম্বা মালেমদা মুৎলক্লে। মখোয়গী লমচৎ-শাজৎশিং অতুদগীনি মখোয়না মকম তাখ্রিবা।

অতুনা, নখোয়গী নবল অতুনা লায়রবশিংগী চাওখৎনবা লমজীংবিয়ু, অতুওইরবদি সমাজগী লুচিংবা ওইতুনা মীওইবগী মপোক্তা নখোয়গী মিংচৎ ফজগনি অমসুং নশাগীসু চাওখত্তুনা সমাজদা নখোযগী নকম চাউগনি, লায়রবা ভারত লৈবাক্তা নখোয়গী মিংচৎ শন্দোকনি। মসিগী রারী অমা লৌজগে তাবীয়ু:—

খোহনা পঙকুই কুইখিদ্রিবা থৌখোক্লি, অনিগুবা লাঞ্জাওগী অতুরাইদনি; ভারতকী করিগুম্বা মকম অমদা লোম্নবা খুজং অনিদা বিজয় অমসুং সেনা কৌবা এনাকখুনবা নিপা অনিখক

লৈরম্মী। হায়রিবা বিজয় কৌবা এনাকখুনবা নিপা ঙসিদি মপা-মপু হাক্তগী হৌনা নুংঙাইরক্লবা নিপানি। মরক্ল-মথুম্না



ময়ুম-ইখোল লৌবীখ্রবী লুখ্রাবী মমা-মচা চঙজফম লৈত্রে।
এনাকখুনবশিংনা অম্নুম্না নুংশিহৈত্তবা তৌবীনু।

চীংঙম্না পৈদুনা রাস্তু পাক্রবা মহাকনা কনাগুম্বা মী অমদ, অরা-অনাগী মতেং পাংলমদে অমসুং সমাজদা কারিগুম্বা খরদং কাওবা দান তৌরমদে। মথুঙংগী লায়রবা প্রজাশিংনা উপায় লৈতদুনা শেল-থুম পুবদা শেন্দোই চাউনা লৌরম্মী, অমসুং হায়নখিবা মুমিত্তগী নোংমত্তং হেক হেন্দোকখিবদা বক্কোব থম্লিবা পোৎশিং অহু হেক্কা মত্তুনা লৌরম্মী। "লায়রবগী ঈ চুপ্তুনা চাবা

শাজৎনি” হায়না কল্পনা তৌনরবা শাজৎনা মপা-মপু হাক্তকী মহাক নুঙাইরক্লবনি। মহাক্না মথুঙ্গংগী মীশিংদদা নত্তনা খুল্লোম্নবা প্রজাশিং অমদি অরাপ্পা মকমগী মীশিংদা ফাওবা অসুম্না মরল পোকথোক্তুনা নুংঙাইনা পাল্লকখি।

খাইনা মাবু নুংশিদে, অদুবু উপায় লৈতদুনা “শামুনা তাল্লগা য়ারক্তা হোৎচিল্লু” হায়বগুম্না মাঙোন্দা হোৎচিন্দুনা পৈশা পুনৈ। মহাক রাঙা°-শঙাং য়াম্না হৈ, মখোলসু থোৎলি। অদুনা অমুক্তং থেংনদ্রিবা মীশিংনদি মাবু মবুক কবা অমসুং মীনুংশি খঙবা মীশকনি হায়না খনগনি। অসুম্না মহাক্না লৌথুপ-লৌকোই তৌনা অক শাদুনা মীয়াম্না নুংশিজ্রবসু ঈকাইখুম্নবা মীশক অমা ওইনা নুংঙাইনা পাল্লকখি।

হৌজিক এনাকথুনবা সেনাগী মরমদা খরদং নৈনখিসি :— সেনা হায়বা মহাক্কী মপুং ফাবা মমিংদি সেনাপতি হায়বনি। লৌউবা মপানা অখোৎপা লৈ ‘ থম্বাল ’ গী মমিং লৌদুনা কমল থোনখি, মচানা নোংমা নোংমগী চাওখৎলকপগা লোয়ননা খৌনা কবা অমসুং থবক তন্দবগী মতৌ উবদা পেন্দুনা অকনবা লান্মীগী লুচিংবা ‘ সেনাপতি ’ গী মমিংদা অমুক থোনখি। বিজয় এ-নাকথুনবগা পক্লদুনা ‘ বিজয়-সেনা ’ হায়না রারী-রাতাই শানবা অমসুং পন্নবদা নাতৈ চানৈ হায়দুনা খাইনা মাবু সেনা হায়না অদুম খঙনগ্রে। মহাক্না চহি ১৪ শুরকপা কুমদা মপা য়াম্না কন্না নাহনা লৌ পরী অনিদং লৈজবা অদু পানবা ঙমহৌজ্রে। মপাগী মহুৎ শিন্দুনা মানা লৌশিং অদু পাঞ্জবদা লৌ নীংখিনা

পানবা ঙমদদুনা ফৌথোক ক'রি অমত্তা লৈখিদ্রে। তৌববুদি চহি অদু খোংগী ঈশিং রাত্তুনা লৌমী থূদিংগী ওইনা ফৌথোক ঈরৈ লৈনখিদে, মদুদা খ্বাইদগী হেন্না ফৌথোক লৈতবসি সেনানা পানবা লৌ পরী অহুম অদুনা ঈহেন হেনখি, মদু মপাগী অনাবা লায়কম্ববগী মরমনা মমানসু নোংমত্তা লৌকমদা খোংদাবা ঙমখিদবনা থোকখিবনি।

চায়াম পোকপী সেনাগী মমানা মপুরোইবদু অনাবদগী কন্নবা লায়েংবদা মখোয়গী লৈজবম্বা সনা লুপা পূম্বা লোইথোকখি। ঈশ্বরগী কৃপাদগী পোইনু লৌ লোকপা মতুংদা খরা খরা ফরক্কুনা থবক-ইঙ্খাং ঙম্মকখি। চানবা লৈবকত্রবা মতমদা মচাশিং থাক্কবদি য়াদবনিনা লৌ পরী অহুমদং লৈজবা অদু বিক্রয় এনাক-খুনবদা বন্ধোপ থমদুনা কুমগী লৌ-শীং পানবা মতম কাওবা ওক্লবা ফৌ-চেনচিংবা রানশিনখি। কুম অদুদসু লৌ পান্নবা তোংনজরকপদা মাগী শল লাবা পোপমা অদু শিন্দোকখিরম্মী। অরাবগী মথক্তা অরাবা ভাববা সেনাগী মপানা মীঙোন্দগী শল শান্দুনা অমসুং মশামক্কী লৌ বিজয়দা বন্ধোপ থমগ্রবা অদু শান্দুনা লৌ পাল্লম্মী। কুম অদুসু ফৌথোক লৈত্রদুনা মীগী শনশাল-লৌশাল পীথ্রগা মখোয়গী চানবা খরদা মরেমলম্মী। মরম অদুনা সেনাগী মপানা লৌ শীং লোক্লগা শক্তি অমা তৌদুনা বিজয়দগী মরৌ হন্দোক্কনি খল্লম্বা আশা অদু অয়েম্বদা তারম্মী। হায়নখিবা নুমিৎ হেল্লবা অদুদা পুকচেল কল্লবা

বিজয়না সেনাগী মপাদগী লৌ শক্তোক্নবা অতোপ্পা মীদা উত্নবা পীথোকখি। চায়াম পোকপা মপানা করি গত্তি লৈত্রবদুনা মীভোন্দা শিনশূ লঙহনা মচাশিং থাক্নবা হোৎনরকখি। অস্নুম্না য়ানা মচাশিং থাকলকপদা মহাক নোংমা নোংমগী নংথরকখি, মচা থাকপা ঙম্নবা লৌ পরী অছুম অদু উজখিগে হায়দুনা মহাক্কা মমিস্তা মপি তানা হাজবদা মতূংদা করিগুম্বা য়েৎনরকপা য়াই খন্দুনা য়াখিদ্রে।

মতম অদুদদি লায়রবা মচা অহল সেনাদি চহি ১৫ য়োম শুজরক্লে। হায়রিবা মতম অসিদি লৌমী মচা অমগী মকমদদি থবক কন্না শূনীংবা মতমনি। খল্লু খল্লুরগা নুংঙাইরকত্রবদুনা মহাক বিদেশতা চত্নবা শেল তাল্লুরগে হায়না খল্লক্লে। মরম অদুনা মহাক নোংমদি ময়ুম থাদোক্নবা মীরৈবাক্তা চেল্লক্লে। মকম মরাং খঙদনা অস্নুম চৎলকপদা ইউরোপিয়ান সাহেব অমগা মাগা রেল-ষ্টেসন অমদা উনরম্মী। কপ্নবা মরু লুক্নবা কল্লিবা মহাকপু উবদা ঈশ্বরগী থৌইনশিন অমদগী সাহেব অদুগী আত্মাদা খঙহোদনা প্রেম ঈহৌরক্লম্মী। মরম অদুনা মানা চঙশিন্দুনা সেনাগী অৱাবা মরম হংলম্মী, সেনানস্থ মহাক্কী অৱাবা পূম্বা তমখি। ঈশ্বরগী কৃপা লাক্লমাল্লে, সাহেব অদুনা মাবূ মচাগুম্না মুংশিবা পোক্নবা মহাক্কা চৎমিন্নথ্রসি অমস্থং মাগা থবক তৌরুরসি হায়না হায়খি। হায়রিবা সাহেব অসি মতম মদুগী আসাম প্রদেশকী চা-বাগানগী বাগান-সাহেব অমনি।

অসুম্না মখোয় অনি লাকমিন্নহুনা আসাম প্রদেশ য়েংহুনা চা-বাগানগী কুলিশিং পানবা তক্নাদার হাপ্পীখি। মহাককী



বাগান সাহেবনা মাগী অবাবা মরম হংলি।

পুকচেল শেংবা উবদা পেনখ্রমল্লে, অশং অশংবা মতমদা হিসাব শূবা তশীহুনা থা। মভাগী মতূংদা মাগী কেবানীগী থবক তৌহনখি। তরেৎশুবা থাগী লোইরমদাইদা লুপা। চামভা মাগী মপাদা থাবিরকখি অমসুং মতূংদদি মাগী শেল তূংশিন্দুনা থম্মীরগা মতিক চাবা মী অমা ওইনবা শেম্মীরমগনি হায়নস্থ ৱারোল থঙহল্লকখি। ধর্ম্ম লৈবশিংগী মক্নমদদি পূম্নমক মচীল-মনাও অমসুং মমা-মচা ভাক্তি হায়বা অসি বাগান-সাহেবকী মক্নমদগী ঐখোয়না লায়ন্না থঙবা ভমই।

শেল অমস্তুং চিঠি অদু কংবদা হরাওরবা সেনাগী মপানা বাগান-সাহেবপু খোজাল হৈবা মীনি অমস্তুং মপুন্সিদা য়াম্না চাওখৎলকখিনি হায়না তৌবিমল খঙবা উৎলকখি। মহাক্না বিজয় এনাকথুনবদা চত্তুনা মরৌ হন্দোকখি, শল লাবা পোপমগা লৈশিনখি অমস্তুং লৌ পানবা কাওবা চাবা ওক্লবা কৌ-চেংনচিংবা অচা-অথক খোয়াং তৌদুনা থমজখি। অস্তুম্না মচা সেনাগী মপানদগী চায়াম পোকপা লায়রবা মপানা থবক নীংখিনা নোমজদুনা নোংমা নোংমগী নুংঙাইরকখি। মহাক্কী তুংগী আশা অমৃত চেল্লবা হৈপালদা অমুনবা অমৃত-উহৈ চুম্না পানগুমই।

অস্তুম্না চহি মঙা তরুক লেল্লকলবদা বাগান-সাহেবনা সেনাবু নুংশিবিদুনা থাগী লুপা মরিফু পীখি। হায়রিবা মতম অদুগী লুপা মরিফু অদুদি হৌজিক্কী মতমদদি লুপা চামঙা-চাতরুকতগী হেন্না মমল য়ামলব্মী। অদুক লুনা তৌরবা সেনাবু সাহেবনা বাগান-ম্যানেজর হাপ্পদি তৌখিদে, মরমদি—মহাক্তি মহৈ হৈবা মীশক ওইরমদে। "সেনা, নংবু ঐনা খ্বাইদগী হেন্না নুংশি, খ্বাইদগী হেন্না থাজ্জে অমস্তুং বাগানগী খ্বাইগী মকোক্তা থমনীংই। অদুবু, নহাক্না লাইরক হৈবা মীশক অমা নত্তবনিনা য়াব্রেদো।" অস্তুম্না নোংমা বাগান সাহেবনা হায়খিবা অদুনস্তু মহাক্না মাবু কয়া য়াম্না চান্না তৌরম্বগে অমস্তুং লাইরিক হৈতবা মীনা কয়ামুক তোনবগে হায়বা অদু তশেংনা খঙবা ঙমই।

অস্তুম্না সেনানা সাহেবকী মনাক্তা লৈরকপা চহি নিপাল্লোম শুরকপদাময়ুমদা মপা নাবগী পাউ লাকখি। পাউ অদু হেক

তাবদা মপাবু উনজনীংঙুনা মহাক্না সাহেবকা বিদায় তৌনরম্মী অমস্তুং করিগুম্বা মপানা শিরবদি মহাক অমুক হন্না বাগানগী থবক তৌরবোই হায়জরম্মী। চহি তরেৎলোম অদুদা চাবা-থকপদি থাকপীরগা তলবশিং অদু পূনশিন্দুনা থম্বীবদা লুপা লিশিং মরিবোম থন্না হেল্লমলে, লুপা চামঙা বোম অমগা সাহেবনা হাপচিনবীদুনা লুপা লিশিং মঙা শুবে। শেল ওইনা পুরবদি লম্বীদা মীনা। হূখিনি হায়দুনা লুপা লিশিং মঙাগী চেক ওইনা পী-রম্মী অমস্তুং মাদু পুদুনা সেনা মরৈবক্তা যত্রা তৌরম্মী।

মহাক্না মযুমদা থুংলবা নুমিৎ তরেৎনিগী মতুংদা মপা শিখিরম্মী। শিরমদাইদা মপানা হায়বম্মী, ' ইপাগী সেনাপতি, নহাক হৌজিক লুপা লিশিং মঙাগী মপু ওইহৌরগনি। নহাক্কী নপান্দগী কল্লবা বিজয়দগী ইপানা লৌ চন্দোকই, ইপানস্তু থবক কন্না হোৎনদুনা য়ুমগী অরাং অপা হৌজক পোইনা লৈত্রবনি-অদুনা, নং ননাওশিংগা লোইননা ইপানা ভবম্বা লৌশিং অসি উদুনা নুংঙাইনা পালহৌ। অদুগা নংনা পুবকপা শেলশিং অদুনা লায়রবা লৌমীশিং অমস্তুং মতু শোল্লবা মীশিংগী থবক্তা লমজিংবীয়ু, এনাকথুনবা বিজয়গী মতৌ তমগনু, খ্বাইনা কানখিবা শেন্দোইগী চাংদগী তানা শরুক অহুম থোকপগী অমত্তা মরৌবিয়ু। নহাক্না য়েংবদা তোল্লবনি হায়বা থাঙ্গৈশেংনা খঙলবশিং অদুবুস্তু হাকথী থোক্না তৌবীরুনু, অঙম্বা কান্দা শিংহল্লু, করিগুম্বা গত্তি থাঙ্গৈশেংনা লৈজত্রবদি নরল কোকপীয়ু। অদু ওইরবদি নশা অমস্তুং সমাজ চাওখত্তুনা য়াইকনা পানগনি অমস্তুং নংগী নতিক-নগুণ নরৈবাক

থুম্না শন্দোক্তুনা মীনা নংবু ঈকাইখুম্নগনি।" অসিগুম্বা মপাগী অরোইবা বিদায়গী ৱাবু মহাক্কী থম্মোইদা য়েক্তুনা থমখি।

মপাগী কর্ম্ম হেক লোইবগা সেনানা মপাগী ৱাথং ঙাকপা হৌরক্লে। মহাক্না লায়রবা লোমীশিং, থবক্তি তৌনীংবা শেলদি



মথুঙংগী লায়রবা প্রজাশিংবু লমজীংবীনবা হোৎনরি

লৈজদবা মীশিং অমস্থুং লৈত-লায়র পূম্বদা শেন্দোই শিল্প শেল পূখোক্তুনা থবক তৌহল্লি। মহাক্না মথুঙংগী মীশিংদা হায়খি, 'ঐগী

শেলশিং অসি খুঙ্গংগী প্রজাশিংগীনি, ময়াম থবক তৌবীয়ু। ঐনা মখোই খরদং লৌজরিবা অসিস্থ ময়ামগী তেংবাংবদা মতেং ওইনবনি। কনাগুম্বনা ঐগী শেল্ পুথ্রগা নত্তবা থবক তৌদ্না অরেম্বদা মাঙহন্দনবা নখোয়-ঐখোয় চঙহুনা থিংসি।" অসিগুম্বা মাগী রাহৈবু মখুঙ্গংগী প্রজাশিংনা লৌহুনা থবক তৌরকপদগী চহি অহুমগী মনুংদা মহাক্কী লায়ররম্বা মখুঙ্গং চাওখৎলক্কুনা য়ুমথোঙ খুদিং চাবা-থকপা রাৎখিদে অমস্থং মহাকস্থু নোংমা নোংমগী এনাকখুনবা হেঙ্গৎলকখি।

বিজয়গী* মখুঙ্গংগী মীশিং কাওবা লাক্কুনা সেনাদগা শেল পুরখি, মখোয়গী মকমদস্থ মানা মখঙ্গুংগী প্রজাশিং-গুম্বা লোয়নখি। শেল লৈবদি বিজয়না শকক তরা হেল্লি, মমিং চৎপনা সেনানা হেল্লি, মহু মাগী অকবা থবক্কী কল-নি। মাগী থবক অহুনা বিজয় এনাকখুনববু য়াম্না শাউহনখি; মরমদি মঙোন্দা শেল পুবা লাকলম্বশিং অদু ঈরাক লাকখিল্রে, সেনারোমদা লোয়না চঙপ্রে।

অম্মুম্না থোকখি— কুম অমদি মরৈবাক্কী মকম খুদিংদা হুরানবা-মীহাৎপা কাঙবু অমনা নোংমৈ অমস্থং খাঙ-তেম্নচিংবা পায়হুনা অহিং-অহিংদা নোংমদা মকম অমা-অনি হেক হেক লূট তৌরম্মী। মখোয়না সনা-লুপা অমস্থং মাল-চাং লূট তৌবদা নত্তনা মী কয়াগী মথরায়স্থ মাঙহল্লম্মী। মুংশি হৈত্রবা, থবক অসিনা মরৈবাক্কী অরৈ-লৈত প্রজা পুম্নমকপু মিপাইহল্লম্মী।

মতম অদুদা এনাকথুনবা বিজয়না মপাঙ্গল কনবা নিপা তরা নোংমগী হাজিবা পীদুনা মথুম্তা খুৎলাই পায়হন্দুনা অহিং-নুংথিল শঙহনখি। অদুবু, নোংমগী অহিং নোংয়াইদা লূট লাক্তুনা সনা-লুপা পূম্বা লোইনা লৌখিবম্মী, অদুগা শঙলিবা মীশিং অদুগী মরক্তা অনি অমনা হাৎলম্মী, যুম্বু অমসুং অতৈনা শিবা যাবা ফিভমদা থনম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌবদুনা এনাকথুনবা বিজয় নংথবক্তুনা লায়ববা বিজয় ওইখি। অহন-লম্মনশিংনা হায়নবা "লায়বা মপাল থা.দ, এনাকথুনবা মউ লিংদে" হায়বা পাউবৌ অদু নিজয়গী মফমদদি তশেংনা থোকখ্রে। মসিদগী মসিমসু এৈখোযনা খঙবা ঙমই, মদুদি — এনাকথুনবশিংনা লায়বনশিংবু ইশিক্তবা অমসুং প্রেম লৈতবা চুমদে, মহাকনা করিগুম্বা নংথবক্রবদি অদুগুম্বা দশা অদু শোযদনা ফংদুনা রাগনি।

সনা এনাকথুনবগী মফমদনা কমদৌবি— মথুঙ্গংগী য়ুমথোঙ খুদিংগী অবৈবা নিপা পূম্বা নুমিৎ তাদ্রিৈউদগী হৌনা মথুক্তা খুৎলাই পাযদুনা লাবটেন থাউমৈ অমমমগা লোযননা লাক্তুনা তিল্লখি। সেনাগী অবৈবা শেল অযাম্বসু খুঙ্গ গী প্রজাশিংনা পূনশ্রবনি, অদুবু মথুক্তা খবা লৈজবিবা মাল-চাং অদু লূট তৌদুনা লৌশ্নবদি মখোযদা মতৌ পীবা ঙমদদুনা নংগনি খন্দুনা মীপূম খুদিংনা মাগী মাগী ময়ুম শঙবগা মান্নবা শঙলখি। অসুম্না নোংঙানবা ফাওবা শঙলম্লগা ময়ুম ময়ুমদা হুন্নখি অমসুং ধর্ম্ম লৈবা এনাকথুনবা অসিবু লূট তৌদুনা অরাবা পীরুরবদি দোষ লাকনি খন্দুনা হুবানবশিংনসু লূট চংঙমসি ঙাঙনখি। অঙকপানি,

মীনুংশি শঙনবা মীহাৎপশিংগী মকমদম্ব থৌজাল অমস্থুং ধর্ম্মগী রাখল করিগুম্বদা মখনমাল্লে ।



ময়ুম শঙনবা খুন্দংগী প্রজাশিং নাক্লি

লায়রবশিংবু য়োকখত্তবা এনাকখুনবদি য়েক্লবনি
মশামক ফাওবগী, য়োকখৎলবদি লমজিংবনি
মশা অমস্থুং সমাজ চাওখৎনবগী ।

---

# মৈতৈগী অশি-মরুপ

থাদোক্লগা অশি-মরুপকী শেনখায় মরুপ
শেমগৎলবদি অহিং-মরুপকী শেনখায় মরুপ
চাওখৎকনি নৌহোনা লায়রবা মৈতৈ ফুরুপ ।

মৈতৈ সমাজদি থাবনদগী তৌনা অমগা অমগা মত্তৌ পাংনবা অমসুং পুন্না থবক তৌমিন্নরকপা জাতিনি। হৌজিক্কী মতমদা কো-ওপরেটিভ সোসাইটি, এসোসিএসন, ক্লব অমসুং মিটিং তৌবা হাৎবনচিংবা ইংরেজী মরোলনা মমিং থোনবা কয়ামুক লিংখৎ-নরক্লিবা অসি মৈতৈ সমাজগী মকনদা অনৌবা নত্তে, ঐখোয়গী হান্না লৈজরম্বা অরিবা মওংগী অনৌবা শায়োননি। অদুম্না ওইরবদা মৈতৈগী হান্নগী অসিদি অশি-মরুপ্তুদা থরায় য়াওশিনবা হেল্লি, অহিং-মরুপ্তি য়াম্না তাওনা লিংখৎনৈ।

নোংচুপলোমগী রাহৈনা মমিং থোনবা মরুপশিং অসিনা মতৈগী (এডুকেসনগী) মওাল কাওবা য়াম্না হেল্লি। মরমদি—মখোয়শিং অসিনা হিংলিবা সমাজগী হৌজিক্কী মীওই-মীপাল কগৎহল্লবা, শেল-থুম অমসুং চাখোক হেঙ্গৎহল্লবনচিংবা মরমদা শেমগৎনবা শেনখায় মরুপশিংনি। অদুগা মৈতৈনা থরায় য়াওনা চৎনরিবা— চেংপাক-মরুপ, থা-মরুপ, চুহি-মরুপ, খুদৈ-মরুপ, শেন্দিল-মরুপ, পোৎয়েং-মরুপ, শঙ্গোম-মরুপ, জগনাথ-মরুপ, পালা-মরুপ, শিঙেল মরুপ, হোলি-মরুপ, সেবা মরুপ অমসুং অতৈ শেনখায় মরুপ পুম্বা অশি-মরুপ অমসুং হয়াও-মরুপ ওাল্লি। মখোয়শিং অসিনা অশিবগী কর্ম্ম শোনবদা অমসুং হয়াও-তয়াম তৌবদা শীজিন্ননবা লিংখৎপা মরুপশিং ওইবনা সমাজদা রাহল্লবা অমসুং নংথহল্লবদগী হেন্না করিগুম্বা চাওখৎনবা থৌরম অমত্তা তৌবা ওমদে। হৌজিক্কী মীপুম খুদিংদা চঙদবা য়াত্রবা শেৎন-চানবা অমসুং হিংনবগী মরম অতৈগী থরচশিংগী মথক্তা অসিগুম্বা

মরুপশিংগী শেনচৎ পুবদা থোইনা হেন্না রাহল্লি। মতুনা মবম ওইত্তুনা ঙসি মৈতৈ সমাজনা নোংমা নোংমগী নংথবল্লি। হায়রিবা রাহৈ খবা অসি য়াম্না এডুকেসন লৈথ্রবা রাহৈনি, মনুংদা ভাব ওন্থোক্লা লৈখ্রে। ঐখোয়না অশি-মরুপ্তা থরায় য়াওশিনবগুম্না নোংচুপকী জাতিশিংনা চাওখংনবা অহিং-মকপ্তু থরায় য়াওনা হোৎনবনা মখোয়না নোংমা নোংমগী চাওখংলল্লিবনি।



হীদাক লৈনবা শেল অহু মরুপকী খেনথায পীথোকখ্রে

মৈতৈ সমাজগী অসিগুম্নবা মরুপশিং অসি খল্লুবদা অরাবগী মশক্নি। হন্না য়েংবদা কনা লৈজত্রবী লায়রববী লুখ্রাবী কাওবা হয়েং শিরগা কর্ম্ম শোনবীহৌনবা লৈরোই, মচা শিবা থোক্লবদি

কর্ম্ম শোয়নবা শেল লৈতহুনা চোপকনি অমসুং রাগনি হায়বন-চিংবা খন্দুনা নুমিৎ নিনি চাবা হেল্লবা কাওবা অশি-মরূপকী শেনখায় মরূপ্তি য়াওবি। খন্দুনা য়েংসি—মচা লায়কররিবী লায়রবী লুখ্রাবী অমনা মচা অনাবগী হীদাক লৈনবা লুপা ৩'•• (অহুম) দং থমজৈ। মহাক্না লুপা অহু পুহুনা হীদাক লৈগে খল্লিজৈদা কনাগুম্বা মরূপকী মী অমা শিবগী কর্ম্ম নংনবা শেল খায়বা লাকই। চৎনবী সমাজগী রুহিনা কনবনা কোম্না পীগে হায়বা য়াদহুনা অমদি ওনদহুনা শেল অহু পীখোকখ্রে। মচাগী হীদাক লৈননবা পুরূবা শেল অহু পীখোকঅবদা অমুক হংকম লৈত্রহুনা হীদাক লৈবা ওমদবদগী হীদাক পীজখ্রে। মচা অহুনদি খুদাইগী মৈনা আত্মা পুবা ওমদহুন। ফ্র-ফ্রৎ ওল্লমগা মথংগী নোংওনবদা শিখ্রে। মতম অহুদা লাযরববী মমা লুখ্রাবীনা মহাক্না লায়ববা অমদি মপা লৈত্রবা মচা ওইবনা নীংথিনা লায়েংতৌদবদগী শিখ্রিবনি হায়হুনা মালেম থক্তা চোংতুনা কপই। কয়াদা য়েংহৈখিত্রবনো অসিগুম্ব ঐখোয়গী মৈতৈগী অশি-মকপকী শাজং অসি। অম্নুন্না মৈতৈ সমাজ পুম্বা হংনবগী মকপ্তি লিংখত্তনা অশি-মকপ্তা লিংখৎনবনা ওসি নোংম নোংমগী নংথরক্লি। অহুনা, মৈতৈগী শেনখায় মরুপ্তি এডুকেসন (মহৈ) য়ায়া য়াওদবা মরুপ্তি হায়না কয়না তৌবা খোইনা লাল্লোই।

অসিগুম্বা অশোয়বা অমদি কা হেল্লিনবা খোয়মশিংনা খোকহনবা অন্নাবশিং অসি পুবা ওমত্রবা মৈতৈ সমাজনা কজরবা হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মবু (গৌরিয়া ধর্ম্মবু) কাল্লি তৈহল্লে, কৃষ্ণ-

ভক্তিদা দোষ ওইবা রাভাঙ কয়ামুক ডাঙনরক্লে, ঈশ্বরবু নিন্দা তৌনরক্লে অমসুং অতোপ্পা ধর্ম্ম চত্তনা কর্ম্ম লায়খোক্রবা হোৎনরক্লে। মতুনা মৈতৈ সমাজবু মচেৎ মচেৎ থোক্না থুগায়রক্লি অমসুং শূদ্রীংদ্রবা ব্রাহ্মণ কাংবুনি, মীনা কৎপা চাদুনা মখোয়না নুংঙাইরিবনি হায়রগনচিংবা ব্রাহ্মণনা লোযননা নিন্দা তৌদুনা নুংশিনবা প্রেম রাৎহল্লি। তৌনবুদ ব্রাহ্মণশিংনা খবখিৎ হেঙ্গিল্লম্বা মৈরবম্ম মৈতৈ সমাজনা মতৌগী (এড়ুকেসনগী) মঙাল ফাওদুনা থবক তৌদবদগী অয়াম্বা থোক্লিব ভাক্কি, ঐখোয়না মতিক চারবদি শোয়দনমক পূর্ণমক অসে লোকহনবা ঙমগনি।

ঐখোয়না পেৎদবা অমগা লৈরে, মদুদি—অনৌবা মওংগী চথরক্লিবা কো-ওপারেটিভ অমসুং এসোসিএসননচিংবা কয়ামুক লিংখৎনবক্লিবা অসি ফজনা থবক চথবা কয়া উদে। য়াওবিবা শিয়ার হোল্ডরশিংগী অপুনবা শেলগী মথক্তা গোভর্মেন্টনা মতেং পাংবা (পূথোক-পুশিন্দা ওইরবস্ু) শেলস্ম করিগুম্বদা য়াওই। অদুবু খৌশীনবশিংনা থবক চৎতবা নত্রগা পুক্চেল শেংদবনা শেল থুম মাঙহনবগী ফগৎনবা পান্ডু অমসুং খৎনবগী রাখোক তত্তনা ভাবা ফাই। মাসনা প্রজা-সরকার ফগৎনবা শেমগৎপ্রা হায়ববু মাঙমিন্নবা মরম ওইহল্লি। অদুনা, ইশা অমসুং সমাজ চাওখত্নবা ইবৈবাক অমসুং ইজাতি চাওখৎনবা কত্তবশিং অসি খাদোক্তবা য়াদবা তানকম লাক্লবনি। মীশিং য়ামখৎলকপনা মরম ওইদুনা শেন-চানবগী পোখোক য়াম্না মলকাব ওইনকলবা মতম অসিদা অরাৎ-অপানা পিকখনগ্রে।

অরাংপশিং অসি ঐখোয়না হোৎনজদনা কনানম্থ পীবিরকলোই। অদুনা শেনখায় মরূপ লিংখত্তুনা পুকচেল শেংনা অমম্থুং হৈ-শিংনা থবক তৌদুনা অপূনবা শক্তিনা তৌভমদবা থবক কয়ামুক



লাযকন-মরূপকী অফিসত ড.ক্তব লাক্তুনা অন.বা হংলি।

লায়না পাংথোকপা ঙমগনি, মদুনা হৌজিক্কী হিংনবা সমাজদা থোইনা কাল্লবা ওইগনি।

অদুনা, অশি-মরূপ মুথত্তুনা লায়কল্লবা মরূপ লিংখৎসি। মুমথোঙ খ্বাদংগী থাগী অকল্লবা শেলগী মচাং, খ্বাইনা ঙমগদৌবা চাংচত্তা খায়গৎসি, মদুনা মরূপকী ঈমুংগী অনাবশিংগী লায়েং শেল ওইনসি। মসিদা কনাগুম্বনা অপঙবা রাখল্লি হায়না

খনবীরম্বা য়াই, ভাব তানবীরবদি অচুম্বনি হায়না হরাওনা য়াবীগনি। মত্তুদি :—

(১) লৈকাইগী মীশিংনা খায়গৎপা শেলশিং অম্তুনা মক্তম চাবা অমদা লায়কন-মরুপকী অফিস শঙমচা অমা শাগনি, মত্তু লৈকাইগী মমিং পকপা লায়কন-মরুপকী মমিং থোন্দুনা ইরগা থেৎকনি। গোভর্ণমেণ্টনা মরুপ অমস্তু' অফিস অত্তুবু রিকোগনাইজ তৌবীনবা দরখাস্থ থাগনি।

(২) পুকচেল শেংনা অমস্তুং চৈনীংনা থবক পুরিবা কোমিটি মেম্বরশিংনা শীন্দুনা সমাজনা খায়রকপা শেল অত্তুনা লায়েং-শঙগী ডাক্তবগা তানত্তুনা চীদাক লাংথক লৈশিনত্তুনা থমগনি। করিগুম্বদস্তু সরকারগী লায়েংশঙদগী চীদাক লৌশিন্দুনা থমগনি।

(৩) সরকারগী হুকুম ফংবা চে মরুপ্পা পায়রনা নোংমগী ডাক্তব অমুক লায়কন-শঙ অফিসতা লাক্তুনা লায়েংনবগী মরম খন্নগনি। মত্তুগীদমক মহাক্না নোংমদা য়েংখিবা অনাবগী লায়েংবগী রেকোর্ড বুক থমগনি অমস্তুং মশা লাকপগী সহি তৌনবা রেজিষ্টর বুক থমগনি। হায়রিবা থৌরম অসি নীংথিনা চত্থবদা ডাক্তর অমনা নোংমদা লৈকাই মশীং কনা য়াম্না চৎপা ওমগনি; অত্তুওইরবদি ডাক্তর খানাদা অনাবগী থক্তম লৈতত্তুনা নংলিবা অসিস্তু কোক্তনি। থৌরম অসিনা প্রজা-সরকারগী য়াইফনবা মরম ওইবনা গোভর্ণমেণ্টকী থবক পুবা অঙম্বশিংনা হরাওনা য়াবীগনি।

(৪) করিগুম্বা মতমদা লৈদবা য়াদবা হীদাক-লাংথক খরদং য়ুম্বুনা লৈবা তারবস্মু নত্রগা অনা পান্থাদা শেনখায়গী মচাং চেঙ্গবুনা মরুপ্পা লৈবা তারবস্মু য়ুম অমনা তোপ্পা ডাক্তর কৌবদা তিংবা শেল অমু তিংলরোই, সরকারগী লায়েংশঙদগী মতেংফুম ফংগনি।

(৫) মৈতৈ সমাজগী মরক্তা কনাগুম্বা অশি-অনাগী দশা তারিবা ঈমুংদা ময়াম চঙতুনা নৈরগা চাথোক খোক্তোকপা অমস্মুং সেবা কৈ কম্ভে চায়দুনা নোংবীবা চাওখত্তবা অমাদ নুংশি হৈত্রবা ফত্তবা রুহি অসি তোক্লাস; মতুগা মহুত্তা লৈখিদ্রবা আত্মা অদুগী আত্মা শান্তি ওইনবা নাম শোনবা তাসি অমস্মুং খ্বাইস্মু ঈমুংহুগী অরাবা শরুক য়াহুনা থম্মোই শেংনা লাইদা করিগুম্বা ওমজবা খরদং কচ্চারবা অদুদা আত্ম শান্তি ওইনবা খুরুম্বীসি। অচা-অথক কৎপদা নত্তনা কম্মদা লাক্লবা মীদা দান্ন হায়দুনা দখিনা কৎপস্মু তোকসি; অরৈ-লৈত চপ মান্ননা তৌনদ্রবাদি নুংশনবা প্রেমদুম হেঙ্গত্তুনা মৈতৈ সমাজ চাওখৎকনি। ঈশৈ-ন্নোংমাই অমস্মুং পূজা তৌবনচিংবদি হান্নগুম্না অদুম কায়দনা তৌবনিনা ধর্ম্মগী (জাতিগী ধর্ম্ম) রুহিদস্মু কায়দে। খবক অসি পাঙথোকপদা মাইক শীজিন্নবস্মু তৌগুমসি, মতুনা মহৈ শঙ (স্কুল) অমস্মুং খবক অতৈদা অয়েংপা পীহুনা কহন্দে।

অদু ওইরবদি মৈতৈ সমাজগী মনুংদা নুংশিনবা হেঙ্গৎকনি, লায়রবস্মু অরাবা নংলোই, পঙনস্মু নাহুনা শিনররোই, অপূনবা শক্তিমু চাওখৎকনি, পুন্সিগী মমলস্মু খঙবা হেঙ্গৎলকনি, ঈশ্বরবু

থাজবা হেঙ্গৎলক্কনি, ইজাতিগী ধর্ম্মদা হেন্না থাজবা ওইনরক্কনি, নাম অমস্তুং পূজা মশক খণ্ডবা হেঙ্গৎলক্কনি, ব্রাহ্মনবুস্থ নিন্দা তৌরক্লরোই, বৈষ্ণব ধর্ম্ম ( গৌরিয়া ধর্ম্ম ) অসিগী মগুণ হেঙ্গৎ-লক্কুনা ধর্ম্ম অসিগী য়েংথী-মায়োক্তা মন্থৎশিন্নবা অতোপ্পা ধর্ম্ম নীতি চঙলকপা তৌরোই' তাইবং-আত্মাশিংগী চাওখৎনবা অমস্তুং য়াইফনবা খোশীল ওইবনা ঈশ্বরনা হেন্না পেনবীগনি, প্রজা সরকার চান্নবা থবক তৌবা হেঙ্গৎলক্কনি, ইবৈবাক-ইজাতি চাওখৎলক্কনি অমস্তুং মৈতৈ সমাজ শান্তি লৈনা পাঙ্গবা ঙমগনি।

অশি-মরুপ থাদোক্কুনা লিংখৎসি লায়কন-মরুপ,
পুরক্কনি মদুনা বিশ্বাস-প্রেম-ধর্ম্ম-তত্ত্ব-চাওখৎপা।

---

# কনানা শাসন মোৎহল্লি

ভারত-শাসন মোৎলিমথৈ, শেঙ্গা-থুমজা লেপত্রিমথৈ,
ভারত-জাতি য়াথিনি, ইজাতি ময়েং তাথিনি।

ঐখোয় ভারত-বাসীনি, নীংতম্বা ভারতকী নীংতম্বা প্রজা-শিংনি। অদুনা, ভারতপু নুংঙাইহন্নবা অমস্তুং চাওখৎহন্নবা হোৎনবা ঐখোয়গী ইথক্তা তারবনি। হৌজিক ভারতকী রায়েল-শাসনগী থবক পুরিবশিং অসিস্থ ঐখোয়না অপাম্বা মীশকশিং খন্দুনা হান্না ঙাক্লি। নখোয়-ঐখোয়স্থ মতিকপু চারবদি হায়রিবা মীশকশিং

অসিনা ওইরিবা কমশিং অদু ওইবা য়াবা ঙাক্লি, অদুনা ঐখোয়না মখোয়বু থক কল্লক্নবা চুমদে। অসুম্না ভারত ইশানা লৈঙাকচরবা মতম অসিদা ঐখোয়না খন্দুনা হাপপ্রবা শাসন পায়রিবা মীশিংনা অমসুং রায়েল-খোঁদা তৌরিবা মীশিংনা রায়েল-শাসনগী থবক্তা মোৎপা অমদি শোয়বা উরগা পেম্নদুনা দোষ তৌই। মুন্না খঙ্গিল্লুরবদি রাকম অসিদা প্রজা ঐখোয়দা অচৌবা দোষ লৈ, মদুগী মরমদি—ঐখোয় প্রজাশিংনা মতিক চাদদুনা মখোয়না অদুগুম্বা কত্তবা থবকশিং অদু তৌরিবনি অমদি নত্ত লমচৎ চৎনরিবনি। মখোয়না শেল চাগে হায়দুনা নোংমত্তা কনাগুম্বা অমগী খোঙাজন্দা লেপ্লুদে অমসুং কনাদসু তক্লদে, প্রজা ঐখোয়না মতিক চাদদুনা মখোয়দা খুরুমজদুনা অমদি নপচদুনা পীজরুবা শেলনি। মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা কনাগুম্বা অমত্তনা শেল পামদবা য়াওদে, মহাত্মা অমসুং মহাপুরুষ ওইবা মীদনা পাম্নদবনি, মরমদি—শেলনা মীওইবগী অপাম্বা দরকার ওইবা পোৎ পুম্বা লোইনা কংহল্লি। অদুবু, লৈবাকসমাজগী মকমদা মাঙনবগী মশক ওইবা থবক তৌদুনা অমদি অরানবা শাজৎ চত্তুনা রায়েল-শাসন মোৎহন্দুনা শেল কংনবা হোৎনবদি য়াম্না দোষ চাউখ্রে। মসিননি হেক্তিকী ভারতকী রায়েল শাসন্দা মচি মচি খুদিংদা নীংবা কায়বা দৃশ্য কয়ামুক থম্না লৈরিবা। অদুনা, প্রজা ঐখোয় পুম্বা এডুকেসনগী (মহৈগী) জ্ঞান লৈতবা য়াদে।

প্রজা ঐখোয়না চপ মান্নবা মহৈগী মিৎ পাঙত্রবনিনা

অতুগুম্বা অশোয়বা অত্তু চেক তৌবা ঙমজদ্রে। অতুদদি শাসন-শক্তি পায়রিবশিং অত্তুনস্থু মশাগী কন্নবা ফংনীংতুনা কু-নীতি কয়ামুক শান্নবক্লে. মখোয়না মখোযগী রাপুনবা তাষবদি মখোয়দা



রাঙগ্নবা অঙম্বদা শেল কংলি, রাপুবনা মী লাকপা যেংলি।

রানোম্লনবা অবোনবা মশক নাইবা মীশিং থমতুনা লোনফোং ফেনা মমল তিকতুনা মাঙ্গোন্দা খোঙ্গ্যাং নিক্তুনা পাপকী শেল চাত্তুনা লৈনবে। অসিগুম্বা ফত্তবা থবক অসি মমাঙতৈ বৃটিশ শাসনগী মতমদদ থবব্ ফবম্মী অমম্তুং কনা হোংনরম্মী, মরমদি—কনাগুম্বনা অত্তুগুম্বনা কুনীতি শান্নবগী পাউ হেক শামিন ফংবদা দাও পীবম্মী, হৌজিক ভারত ইশানা লৈঙাক্লবা মতম্ অসিদদি মীশক-মীমায় য়েংনতুনা খঙশিন্নখিদ্রে। হায়রিবা অসি ভারতকী মফম খূদিং শীঙ্হুংনা চংনগ্রবা ফত্তবা নীতিনি।

অসিগুম্বা অশোয়বশিং অসিগী কত্তবা কলদি হৌজিক্কী ভারত শাসন পায়রিবা কংগ্রেস গোভর্ণমেণ্টকী মথক্তা তারিবনি। মসিনা মতম অস্মুম কুইশিল্লক্লগা গোভর্ণমেণ্ট পার্টি অসিগী মথক্তা দোষ পুম্বা তারক্কুনা প্রজাশিংনা নিন্দা তৌনরকনি। অসিগুম্বা রাকম খল্লুবদা ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী নেতাশিংনা খম্মোই কায়খিগদৌই, মরমদি—বৃটিশ সরকারগা অহিংসাগী লাম্বোংনদুনা জয় তৌজরকপা, আত্ম-হকচাং কয়া মরৈবাক-মজাতিগীদমক্তা বলিদান কৎখ্রবা রাজনীতি দলদি মসিন। হৌখিবা রাকম অমম্বুং হৌজিক্কী অসিগুম্বা খোঙথাং অসি খল্লুবদা মখোয়না (নেতাশিংনা) মিত্তগী পি শীন্থনা অমম্বুং খম্মোই নিক্লা মখল মখা অয়াম্বা খম্নরবা মতুংদা ভিজিলেন্স ডিপার্টমেণ্ট হায়বা শেঞ্জা-থুমজাগী থবক ফাগৎনবা অফিস জাং অমা ভারত শীন্থ্নুংনা লিংখৎলকলি। অসিগুম্বা নেতাশিংগী রাখলগী খোশীল অসি ওম্মোক্লা ফজখে, করিগুম্বা ডিপার্টমেণ্ট অসিনবু মখৌ খঙনা থবক চথববদি ভারতকী মকম খুদিংগী কু নীতিশিং লায়না চেক তৌবা ঙমগনি খল্লি। অদুবু করিগুম্বা মতমদা শেঞ্জা-থুমজা অমম্বুং থবক শোয়বগী ফাগৎলকপগী পাউ খবরগী খোঙদগী তাবা কংলবস্থু পুমকোক কোকহনবদি ঙমজ্রিবা অসি প্রজা ঐখোয়না খোকহনবনি।

রাকম অসিদা চিংনবা নৈতনা হায়রবা য়াই, মদুদি—ভিজিলেন্স ডিপার্টমেণ্টকী অফিস লাখ অমা নৈজসিন্নু প্রজাশিং-নবু ভাব তাত্রবদি করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তনা কত্তবশিং অসি খিংবা

ওয়্রোই। মসিবু চেক তৌত্রিবা মখেদি প্রজা ঐখোয় নোংমা নোংমগী অয়াবা কোঙ্গাই তাবকখিনি, চাওখৎপগী খোঙথাংদা নীংহনবহুনা মমৈদদি লম পাম্বা পুকচেল কত্রবা লোয়বা লৈবাকী জাতিশিংনা খুদোংচাবা লৌখিবা য়াই। মরম অসিনা প্রজা ঐখোয়না ইরৈবাকী শাসন কজহন্দবা য়াদবনি।

অমুকস্ম হায়জনীংই—প্রজা ঐখোয়নবু চপ মান্ননা মহৈগী জ্ঞান লৈরবদবু অসিগুম্বা কত্তবা থবকশিং অহু তৌগে খল্লকপা হৌনদে, মরমদি—গনতন্ত্র শাসন হায়বা অসিদি নীংতম্বা প্রজা-শিংনা শাসন পায়বা সরকারনি। অহুনা, কনাগুম্বনা কত্তবা থবক তৌগে হেক খল্লকপদা মশাগী কান্নবা য়ান্না কংগদৌবা ওইরবস্ম প্রজাশিংবু কিবদগী নত্রগা প্রজাশিংগী মকমদা ঈকায়বদগী মশানা জ্ঞান তানা মরাইনা তোকচখিগনি। অস্তম্না ভারতকী মকম থুদিংগী প্রজাশিংনা চপ মান্নরক্লবদি ভাবতকী ভিজিলেন্স ডিপার্টমেণ্টকী অফিসশিং উথায়হনা শেমগৎ-শাগৎপগী য়েংশিন্নবা অফিসশিংদা ওয়োক্লুনা ভারত থুনা চাওখৎকনি।

অহুনা মুংশিরবা নীংতম্বা ভারত-বাসী মণিপুরী পুম্বা মহৈগী মিৎ পাঙলসি, অক শানা কত্তবা শাজৎ চত্তুনা ঙাইহাক ঙাইহাকী মুংঙাইরগা পুন্সি চুপ্পা রামিন্ননবা কত্তবা থবকশিং থাদোক্লসি।

**ওমথিরোই ঐখোয়না রায়েল-শাসন লূহনবা থক প্রজা পূম্বনা মহৈগী মিৎ পাঙত্রিবখৈ থক।**

---

# ঐখোয়গী য়েক্লবা

## খঙদবদগী ঐখোয়না য়েক্লবা অচৌবা তরেৎসিবু য়েক্লবা ওইরে কায়নফদ্রবা মীওইবা মশেলসিবু।

অক কত্ত খঙহনা খন্থবা য়াখলগী শক্তি লৈবদগী মীওইবনা জীব পূম্বগী মকোক্তা লৈহনা মপু ওইবা পদবী কংহনা নিংখৌ ওইবা কংজরে। মরম অসিদগী মীওইবগী মপোক অসি ওস্থোয়া য়াইকপ্রে। ঈশ্বরনদি মীওইবা ঐখোয়বু অমগা অমগা চান্নবা লৈমিন্নহনা ধর্ম্ম লৈবা অমস্যুং অকষা খবক তৌহনা পাল্লুচো হায়না খাবকপনি. অদুগা ঐখোয়নদি ওন্ন-তৈনবা খবক তৌহনা কত্তবদা হৈনরে অমস্যুং অমগা অমগা য়েংখীনহনা চান্নবা পানমিন্নবা ওমজল্লে। কয়ামুক য়াম্না য়েংখিনপ্রবগে হায়রবু তমখীরবা খুৎ-লাইনা খাহনা নম্রগা অখৌবা খাঙনা য়ান্দুনা মীগী মথরায় কাওবা লায়না হাৎপা ওমই। করিমুক হায়গনি মশাদগী ( হকচাং-দগী ) হেন্না পান্মুরবা মশামকী মথরায় কাওবা আত্মাঘাট তৌহনা হান্তোকচবা ওমই।

হৌজিকী মতমদা মীওইবনা বিজ্ঞান ( science ) গী মতেংনা তৌওমদবা খবক কয়ামুক ওমলে হায়রহনা হবাওনরি। করি করিগুম্বা লৈবাকী জাতিশিংনা মরৈবাকী বিজ্ঞান হৈবশিংনা সংসার অসিবু মিকুপ্পদা মাওহনবা খুৎলাইশিং শাবা ওমলে হায়না অখোয় নাপল কানরি। হস্থনা খল্লুরবদি মখোয় য়ায়া ঈকাইকম থোকই। মরমদি :— মখোয় অহুদি ঈশ্বরগী খৌদা কায়না চত্তুনা তাইবংবু

মাঙহন্নবা হোৎনবা ঈশ্বরগী খ্বাইদগী য়েক্লবনি। মহৈ লখা অমা তমহুনা পণ্ডিতকী মিংথোলস্থ ফংজসিন্নু, ঈশ্বরনা পামদবা ফত্তবা থবকশিং অদু মশক খঙহনা থাদোকপা ঙমহন্নবদি তোনথবা মীশকশিংনি।

অহুনদি খন্দুনা য়েংসি, মীওইবগী মপোক্কা পোকপা কনানা ঈশ্বরনা পামদবা থবকশিং অদু মশক খঙবা ঙম্বগে, মদু খঙবা মীশকশিং অদু য়েক্লবা মশক খঙবা মীশকশিংনি। এডুকেসনগী (এহৈগী) মিৎযেংনা য়েংলবদদা ঐখোয়না লায়না খঙবা ঙমগনি, মদু দ—য়েক্লবা মশক খঙবা মীশকশিংদি ঈশ্বরগী মপাউ পুবা ধর্ম্ম শন্দোকপা লাইপোকশিং, মহাকবিশিং, মহাত্মাশিং অমস্তুং মহাপুরুষশিংদনা যেরবশিংবু মশক খঙই। মখোয়না খল্লঃ— ফত্তবা শাজৎ, য়েংথিবা পুকচেল, অতনবা, শাউনীংবা, মাঙননবা থনবা, পুকচেল পিকপা অমস্তুং নীংবা কায়বা হাযবা তরেৎ অসি মীওইবা ঐখোয়গী য়েক্লবনি। অসিগুম্বা মখলগী য়েরবা অতৈদি মখোয় তরেৎ অসিগী অতোপ্পা মমিংনি নত্রগা যানশিন্নহুনা থোকপনি। মবম অহুনা হায়বিবা তরেৎ অসনা মীওইবগী খ্বাইদগী চাউবা যেক্লবনি। ফত্তব য়েক্লবা তরেৎ আসবু শীজিন্নরিবা মীওইবশিংগী আত্মা-হকচাংশিং অহুদি ঐখোয়গী চান্নবা মরুপশিংনি। করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বনা অহুগুম্বা য়েক্লবশিং অহুবু ফত্তবনি খন্দুনা থাদোকপা ঙমথবদি য়ান্না য়েংথীনরম্বা মীশকশিং ওইরম্বা অদু চানবা মীশক ওইরকই, থাদোকপা ঙমদবশিংবুদি য়েক্লবনি হায়না অদুম খেমৈ।

রাখলশিং অসি খঙবদগী মহাত্মানচিংবা মখোয় অত্থুনা য়েক্লবা তরেৎ অসিবু লোয়নরিবা মীশিংগী আত্মা অমস্তুং হকচাংশিংবু চাম্নবনি হায়না খনবীদ্রুনা নুংশিনা লোয়নবীবা ঙমই, মখোয়দা লোয়নরিবা য়েকনবা শাজৎশিং অদুবুদা থাদোক-হন্নবা নুংশিনা হোৎনবী। অসিগুম্বা রাখল অসি খন্থত্থুনা ঙাক্লা চৎপা ঙমদবদগী হেজিক্কী তাইবংবু ঐখোয়না অশান্তি থোকহল্লে। মীচমগী মরক্তা রাখল অসি খরদং খন্থবা ঙম্বদি কবিশিং, নেতাশিং অমস্তুং কবি পুকচেল চেনবা মীশিংদনি। মখোয়না মহাপুরুষনচিংবগী অচুম্বা রাখলশিং অদু মশক খঙজন্থুনা ইনবা ঙম্নবা রানা হোৎনজৈ অমস্তুং মত্থুদা মখোয়না অরা-অনাস্থ নংজৈ। অতৈ মীচমশিংনদি রারী-লাইরিক্লচিংবদগী তাত্থুনা খংলবস্থ মীওইবগী অপঙবা মায়াগী লাংদা থুখিত্থুনা ঙাক্লা চৎপা ঙমদবদগী খঙদবগুম্না অত্থুম লৈ।

হৌখিবা থৌথোক কয়ামুক্তগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই :— ঈশ্বরগী মপাউ পুবা যিশু খৃষ্টনা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোক্লকপা মতমদা য়ানীংদব, নিংথৌগী কাঙবুনা লৌতূনত্থুনা মহাকপু ফারগা ক্রোশতা পাং তিংত্থুনা মখোঙ-মখুৎনচিংবদা য়োপী থাত্থুনা নুংশাদা ফৌদ্রুনা নুংশিহৈতবা মীহাৎনা হাৎাখ। অত্থগুম্বা নুংশিহৈত্রবা শাজৎ চৎলবা মীওইবশিংবু মহাক্লা নুংশিনা খনবীখি, মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ অমস্তুং রাখন্নচিংবা ফত্তবশিং অত্থুবুদা মহাক্লা য়েক্লবনি খননি। অত্থুননি মহাক্লা মহাক্কী আত্মাগা হকচাংগা কায়নরুমদাইদা ঈশ্বরগী মফমদা অপঙবশিংগী মরাল ঙাকপীয়ু হায়না মমিত্তা মপি

শীন্থনা থোনিবীরমখিবা অমস্তুং মহাক্কী শিবগী মরমদদি করি অমত্তা রাখিদবা। অসিগুম্বা মহাক্কী জ্ঞান, পুকচেল অমস্তুং থৌজালগী রাখল ধর্ম্ম অসি চৎপা কাওবুশিনা শোয়দনা ইনকম



থোকই। মখোয়না মিহৌ লাংদা থুখিহুনা মত্ত ইন্দ্রদগী মখোয়গী মরক্তা য়েংখীনরে অমস্তুং ভাইবং মশেল য়েংখীনহুনা পৃথিবীদা অশান্তি থোকহল্লে। হৌজিক্তি মসি খঙ্গবা মতম ওইরক্লে।

অহুম্না, মৈতৈশিংনা হৌজিক হিন্দু-বৈষ্ণব-ধর্ম্ম (গৌরিয়া ধর্ম্ম) চৎলি। ধর্ম্ম অসিবু শন্দোকপীরম্বা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা

নাম য়েল্লকপদা মশোন্দা অমস্তুং মাগী ভক্ত-সেবকশিংদা য়েৎপা অমস্তুং মাঙনবা তৌবশিংবু মতাকনা চায়বনি খনবীখি অমস্তুং মখোয়গী মশাদা পকপা য়েকনবা ভরেৎ অহুবুদা থাদোকনবা মহাক্না হোৎনবীখি। মুসলমানগী কাজি সাহেবনা কয়া ওৎখি। মহাক্কী পুকচেল, মতাক্কী পান্ডিতাক অমস্তুং মহাক্কী নীংথিবা খোঁ-শীলনা কাজি সাহেবকী মকমদা লৈবা য়েকনবা ভরেৎ অহুবু



জয় তৌহুনা চায়বা মরুপ ওইখি অমস্তুং মহাক্না নাম শন্দোকপদা য়েৎলবা থাদোকহুনা মনীং তৌনা শন্দোকপা হৌখি। অতোপ্পা অমনা — হিন্দুশিংগী মরক্তা জোগাই-মাধাই হায়বা কন্নবা ব্রাহ্মণ মচা অনি অহু শা চাবা, য়ু থকপা অমস্তুং হিংচা-য়াইতবা শাজৎ চৎপা মী ওইরম্মী। মখোয় অনিনা নুংশিহৈতবা শাজৎ চহুনা মহাপ্রভূনা ধর্ম্ম শন্দোকলকপদা হায়বদি হরি সংকৃতন চৎলকপদা

অরাবা অমস্তুং অথিংবা কয়ামুক পীখি। মখল মখা অয়াম্বা পাম্বৈ তোৎনবদা থিংবা ঙম্নকত্রবদা নোংমদি মাধাইনা চফু অকায়বনা নিত্যানন্দগী মকোক্তা থাদুনা জ্ঞান মাঙদুনা অশিবগুম্না লৈমায়দা তুখি। মথরায়দগী হেন্না নুংশিজরবা অমস্তুং নাম শন্দোকপদা অনিশুবা লুচিংবা ওইবিবা ময়াম্বগী অশোকপা উবদা শাউমনগ্রদুনা যত্রবা মধাই মচীল-মনাওবু হাৎলগে খন্দুনা মহাপ্রভূনা (গৌরাঙ্গনা) চক্রবাজ সুদর্শনবু কৌখি। চক্রবাজগী মশক অমস্তুং প্রলয ঙম্বা শক্তম অদুবু উবদা থাম্মোই তানক্লবা মচীল-মনাওনা চৈতন্যবু ভগবানগী অবতারনি হায়বা তাশংনা খঙদুনা মবাল পাপ-পাপনবা চঙজখি। য়েকনবা তাবৎকী শজৎ থাদোক্তুনা চঙজবক্লবা মতাংদা হনাওনা মচীল-মনাওবু লৌশিন-বীদুনা মহাক্কী নাম শন্দোকপদদুম মতেং পাদুনা অপোইবা ভক্ত ওইহনখি। অসংম্নবা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভূগী রাখল, শাজৎ অমস্তুং থৌজালগী খুদুং ইন্দুনা গৌরিয় ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈশিং অমস্তুং মণিপুরী পুম্বনা ঐখোয় ইশেল অমগা অনাপা চান্নাস; মণিপুরী ঐখোয়গী হবক্তা ঐগী ঐগী জাতি ধর্ম্ম তোঙান্না চৎন-ম্নবস্তু অমাপা অমগা চান্নবা অমস্তুং য়েথীনদবা হায়বা অসিদি ধর্ম্মশং অসনু শন্দেক্লম্বা ঈশ্বরগী মপাউ পুবশিংনদি পাম্বীরম্বনি। ঐখোয়না রাখল থেনবদগী অসিগুম্বা অরানবা শাজৎ চৎনবিবা অসি থাদোক্লসি, মীওইবগী ম্নেরবা তরেৎ অসিবুদা থাপ্না তাম্থোকখিনবা হোৎনসি।

অমুকস্তু খন্থসি — নীংতম্বা ভারত জাতিগী ইপা বাপুজী

মহাত্মা গান্ধীজীনা ভারত স্ববাজ ফংনবা হোৎনরকপদা কয়া য়াম্মা অরাবা খাঙখিবা। বৃটিশ সরকাবগী কর্ম্মচারীশিংনা মহাকপু ফাম্নুনা জেল কয়ারক পীখি অমসুং মখল মখা অয়াম্বা অরাবা কোঙ্গায পীহুনা লাকনখি। মহাকনা অহুগুম্বা মীশিং অহুবু চান্নবা পরুপকুম্না খনবীখি, মখোযগী মশাদা চেল্লিবা ফত্তবা শাজৎশিং অহুদবু মহাকনা তূক্কচনা খনখি। অহুণা হিন্দু-মুশলমান কাঙলুপ অনি নুংশিনদবগী রাখন্না অউ-অউবা হাৎনরক্লবদা গান্ধীজীগী থম্মোই কাযখিগদৌই। নাকল অনিবু খামজিনবা রাহৈ হায়হুনা মহাকনা মুশলমানশিংগী মবক্তা মখুত্তা চৈশু পায়হুনা চৎলকপদা অউবশিংগী মমিত্তা নুংশিবা প্রেমগী ঈবা চেল্লক্কুনা ভক্তি তৌনা ওকখি অমসুং মহাকনা গায়বা ইনখি। মহাকনা হিন্দু-মুশলমান নাকল অনিগী প্রজাশিংবু চপ মান্নবা নুংশিবীখি, মখোয়গী তমথীবা শাজৎশিং অহুবুদা য়েকনবনি খনখি অমসুং য়েকনবা শাজৎ অহু থাদোকনবা হায়খি। অসিগুম্বা মহাক অসিবু পৃথিবীগী জ্ঞাণীশিংনা গান্ধীজম হায়বা ধর্ম্ম পুম্ববু চান্নবা তিন্নবা য়াম্বা ধর্ম্ম অহু শন্দোকপা ঈশ্বরগী মপাউপুবনি হায়না কম্ননা তৌনরক্লে, থাঙ্গৈশেংবসু মহু অচুম্বমকনি। অসিগুম্বা লাই-পোক্কী মীশিংদি মীখুত্তা শিগল্লি হায়বা অহু চুমগ্রবোই, খৃঃ ১৯৪৮ গী জাঃ ৩০ দা নাথুবাম গোডসে কৌবা ভারত মচা অমনা মনীং থুংদবগী নীংয়া কান্নবা য়েকনবনা জয় তৌখিহুনা অক-কত্ত খঙদনা বাপুজীবু ভক্তি তৌরম্লগা পিষ্টোলনা কাপ্তুনা হাৎখি। নোংমৈনা হেক পান্দুনা মহাত্মা লান্নমদাইদা ঈশ্বরবু খুরুমহুনা

মীহাৎপা নিপা অহুগী মরাল ঙাকপীনবা ঈশ্বরদা হায়জবীখি অমস্তুং মীয়ামনা মাবু মরাল ঙাকপীনবস্তু হায়বীরম্মী। মহুগী মরমদি — য়েংথীবা পুকচেল, শাওনীংবা, পুকচেল পিকপা হায়বা মীওইবগী য়েকনবা অহুম অহুদা নীংবা কায়বা হায়বা অক-



কম্ব খওজ্রবা য়েক্লবা অহুনা শাদোং ওইহুনা মাবু হাৎলিবনি হায়বা মহাত্মা লান্নমদাইদা নীংথিনা উবা ঙমখি। অহুননি বাপুজীনা মাবু সুংশিবীখিবা।

অমুম্মা, মহাক্কী তুংইগুবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী অচানবা নেহরুনা মহাক্কী তত্ত্ব-গুণ পুম্বা খঙনা ইগ্নখি। অদুনদি মহাত্মা ঐখোয়না য়েন্নবনি হায়না খন্নরবা লান্দারকপশিংবু চান্নবা ওইনা খন্দুনা য়েন্ন শাজৎ থাদোক্লবা কন্না হায়জখিবা। মহাক্কী অমুক তুংইনহৌবা নেতাশিংনা মহাক্কী ক্বিদম লৌহুনা ভারত শান্তি ওইনা পান্দুনা চাওখৎনবা হোৎনরি। অদুনা, ভারত-বাসী ঐখোয় খুদিংনা য়েন্নবা তরেৎ অসিবু মশক খঙহুনা থাদোক্লবা হোৎনদবা য়াদবনি। ভারত জাতিনা চাওখত্তুনা ভারত-মাতানা পৃথ্বীদা খ্বাইদগী চাওখৎপা লৈবাক ওইননবা ধর্ম্ম-কাণ্ডলুপ পুম্বনা তিন্নবা ভারত জাতি ঐখোয়না য়েন্নবা তরেৎ অসিবু তাম্নো-ক্তুনা অমগা অমগা শান্তি ওইনা লৈমিন্নসি।

ভারত-জাতিনা চান্নরিথে, য়েন্ন-পরৈ থমজিল্লিথে,
ভারত-মাতা চাওখৎকনি, মালেম-লৈকোক ফন্নকথিনি।

---

লোইরবা